# ꯃꯣꯏꯔꯥꯡꯊꯦꯝ ꯔꯥꯖꯦꯟ

# মোইরাংথেম রাজেন



মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ

# ꯃꯣꯏꯔꯥꯡꯊꯦꯝ ꯔꯥꯖꯦꯟ

# মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ



সাহিত্য য়োকখৎ কাঙলুপ, তেম্থা (সায়োকা)




**MOIRANGTHEM RAJEN**

*A Collection of 70 poems*

*Written by Moirangthem Rajendra Singh*

Published by : M. Bidyananda Singh
for Sahitya Yokhat Kanglup, Tentha



First Impression : 2012
Copy . 500
Price . Rs. 95
Printed at . M. B. Computer, Tentha


*মোইরাংথেম রাজেন*

অইবা : মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ
অফোঙবা : এম. বিদ্যানন্দ সিংহ,
সাহিত্য য়োকখৎ কাঙলূপকীদমক
অহানবা ফোঙবা : ২০১২ ইং
কোপি মশীং : ৫০০
মমল : লুপা ৯৫
নম্ফম : এম. বি. কম্পুটর, তেন্থা



শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বা সিংহ

(খৃ: ১৯১০-১৯৯৮)

ঐহাকপু মী ওইনবা হোৎনবীরম্বা
লৈখিদ্রবা বাবাগী মফমদা
থম্মোয় শেংনা ...

# ৱাহৈ খরদং

রাজেনগী মিং শীজিন্নদুনা 'রাজেনগী রাজেন, রাজেন রাজেন' অমসুং 'রাজেনগী থম্মোয়গী তাজমহল' হায়বা শৈরেং লাইরিক অনী ফোঙখ্রবা মতুংদা হাইফেৎ মান্নবা মওংদা 'মোইরাংথেম রাজেন' হায়বা অসি ফোঙজবনি। লাইরিক অসিগী শৈরেং অয়াম্বদি পাউ-চে, সাহিত্যগী চেফোঙ অমদি অতৈ চেফোঙ খরদা মচিৎ মচিৎ ওইনা ফোঙজখ্রবনি। চাইথোক্তুনা ফোঙখ্রবা শৈরেংশিং অদু খোমজিঞ্জরগা অমসুং অনৌবা খরা হাপচিনজরগা হন্দক্কী লাইরিক অসি পুথোকচবনি। শৈরেং অয়াম্বা শৈরেংনি হায়না ক্লেম তৌজনীংদে, শৈরেংনি হায়জনীংদে, ইচম চম্বা থম্মোয়গী ওইবা ৱাফম খজিত্তুং ফোঙদোকচবনি। শৈরেং খুদিংমক্তা য়াওরিবা মোইরাংথেম রাজেন হায়বা মিং অসি ভাবনা শাবা ৱাখলগী রাজেনশিংনি। কনাগুম্বা রাজেন অমা নৎত্রগা অমবু অতম্লনা পন্দুনা ইবা নচ্চদে। মিং মান্নজরবসু ইশাগী মরমদা আত্মা চরিত অমা ওইনা ইবসু নচ্চদে। ভাবনা শাবা কনাগুম্বা রাজেন অমখক্তগী গুণা-গুণ নৈনদুনা ইবসু নচ্চদে। শৈরেং অমদা য়াওবা রাজেনগা অতোপ্পা শৈরেংদা য়াওবা রাজেন অমগা হাইফেৎ মান্নবসু য়াওরম্বা য়াই, পূমখেন খেন্নরম্বসু য়াই। শৈরেং অমগী রাজেনগা অতোপ্পা শৈরেং অমগী রাজেনগা অমত্তা ওইনা থমজবা নচ্চদে। শৈরেং খুদিংমক্কী শৈরেংশিং তোঙান তোঙাননা রাজেনশিংনি। শৈরেং অমদা মোইরাংথেম রাজেন কয়ামরুম য়াওবসু য়াওরি। কনাগুম্বা বাজেন অমগী জীবণ চরিত (বাইওগ্রাফি) অমসুং ইশাগী আত্মা চরিত (ওটোবাইওগ্রাফি) ইবসু নচ্চদে। রাজেন মী অমগী মিংনি। মিং অসি মী কয়ামরুমদা থোনবা য়াই। মরম অসিনা রাজেন মী কয়ামরুমগী মিংশিংনি। মিং মান্নে হায়দুনসু রাজেন কৌবা মী কয়ামরুমগী লমচৎ-শাজৎ, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, শকওং-শাদা, মাগী মাগী কাইদা খেন্নবা য়াম্না নৈ। শম্না হায়রবদা রাজেন অমগা রাজেন অমগা খেন্নবা কয়া নৈ। লাইরিক অসিগী শৈরেং খুদিংদা য়াওরিবা রাজেনশিংগীগা কনাগুম্বগী লমচৎ-শাজৎকা করিগুম্বা মান্নবা য়াওরম্বা তারম্লবসু মহাক নৎত্রগা মখোয় অদুবু অপান্ননা ইজবা নত্তে খনবীননা নোল্লুকচরি। হৌজিক শিন্নজরি 'মোইরাংথেম রাজেন' পাবীরিবা পাবীরিবী খ্বাইগী মফমদা, অশোয় অঙাম খীবিক ঙাকপিনবা কোক নোঞ্জরি।

*তাং ১৯/৮/২০১২ ইং* *মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ*

# য়াওরিবশিং

| হীরম | লমায় |
|---|---|
| ১। মোইরাংথেম রাজেনবু শৌগৎচরে | ১ |
| ২। মোইরাংথেম রাজেনবু ওকখ্রে | ২ |
| ৩। মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে | ৪ |
| ৪। মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি | ৬ |
| ৫। মোইরাংথেম রাজেনগী মায়থোঙ | ৯ |
| ৬। মোইরাংথেম রাজেন্না ঙক্লম্বদগী ঙক্লক্কবা | ১১ |
| ৭। মোইরাংথেম রাজেনগী মপাঙ্গল | ১৩ |
| ৮। য়াম্না কনবা মোইরাংথেম রাজেন | ১৫ |
| ৯। কল্লম্বদগী কল্লু য়াদবা মোইরাংথেম রাজেন | ১৯ |
| ১০। ওপোজিসনবু পেন্দবা মোইরাংথেম রাজেন | ২২ |
| ১১। য়াম্না শিংবা মোইরাংথেম রাজেন | ২৪ |
| ১২। য়াম্না পঙবা মোইরাংথেম রাজেন | ৩৩ |
| ১৩। বার্তনগী ৱারোল ঙাকপা মোইরাংথেম রাজেন | ৩৫ |
| ১৪। মোইরাংথেম রাজেন : রাহু রাজেন | ৩৬ |
| ১৫। মোইরাংথেম রাজেন : কবন্ধ রাজেন | ৩৮ |
| ১৬। বার্তন ফংবদা মোইরাংথেম রাজেন (১) | ৪০ |
| ১৭। বার্তন ফংবদা মোইরাংথেম রাজেন (২) | ৪১ |
| ১৮। ফৈরেং-তুরেংবা মোইরাংথেম রাজেনগী ময়েক | ৪২ |
| ১৯। মোইরাংথেম রাজেন্না কল্লক্কবা | ৪৩ |
| ২০। বন্দ তৌবিনু হায়জবা মোইরাংথেম রাজেন | ৪৪ |
| ২১। পোৎলানহনবা মোইরাংথেম রাজেন | ৪৫ |
| ২২। ইনাক খুল্লকনি কিবা মোইরাংথেম রাজেন | ৪৬ |

| | |
|---|---|
| ২৩। মোইরাংথেম রাজেন্না থবক হাপখিবশিং | ৪৭ |
| ২৪। মোইরাংথেম রাজেন্না লৈখা তারক্লবদা | ৪৯ |
| ২৫। কলচরবু পামজবা মোইরাংথেম রাজেন (১) | ৫১ |
| ২৬। কলচরবু পামজবা মোইরাংথেম রাজেন (২) | ৫২ |
| ২৭। ৱারোল শুদবা মোইরাংথেম রাজেনগী বার্তন | ৫৩ |
| ২৮। মোইরাংথেম রাজেন্না ঙমদবা | ৫৪ |
| ২৯। মোইরাংথেম রাজেনগী থোং | ৫৫ |
| ৩০। মোইরাংথেম রাজেনগী লাইরিক ফোঙবা | ৫৭ |
| ৩১। দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ | ৫৯ |
| ৩২। মোইরাংথেম রাজেনগী অচম্বা পুন্সি | ৬২ |
| ৩৩। চীংখোঙ উদবা মোইরাংথেম রাজেন | ৬৩ |
| ৩৪। কল্লক্লদবা মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম | ৬৫ |
| ৩৫। নচীল শেংউ মোইরাংথেম রাজেন | ৬৮ |
| ৩৬। অফবা তৌবা মোইরাংথেম রাজেন | ৭০ |
| ৩৭। ঐদি ঐনি হায়জবা মোইরাংথেম রাজেন | ৭২ |
| ৩৮। মোইরাংথেম রাজেন্না ভাব তারকপা | ৭৪ |
| ৩৯। মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূমদা বসন্ত | ৭৯ |
| ৪০। মোইরাংথেম রাজেন্না উবা (১) | ৮৩ |
| ৪১। মোইরাংথেম রাজেন্না উবা (২) | ৮৫ |
| ৪২। মোইরাংথেম রাজেন অফবা মীনি | ৮৬ |
| ৪৩। হৈই য়াবনি মোইরাংথেম রাজেনদদি | ৮৭ |
| ৪৪। মোইরাংথেম রাজেনগী ৱারোল-ৱাঙাঙ | ৮৯ |
| ৪৫। মোইরাংথেম রাজেন | ৯০ |
| ৪৬। ভোটর মোইরাংথেম রাজেনগী মমল | ৯৩ |
| ৪৭। মমল য়াম্বা ভোটর মোইরাংথেম রাজেন | ৯৪ |
| ৪৮। য়োনবা শিংথবা ভোটর মোইরাংথেম রাজেন | ৯৫ |

৪৯। কলচরদা থীরবা মোইরাংথেম রাজেন ৯৬
৫০। লৈবাক মাঙনবা মোইরাংথেম রাজেন ৯৭
৫১। তলব চাবীগী ব্রাঙাঙ তাবদা মোইরাংথেম রাজেন ৯৯
৫২। মোইরাংথেম রাজেন্না চৈরাক পীগনি লাউথোকপদা ১০০
৫৩। নিয়মগী মতুংইনবা মোইরাংথেম রাজেন ১০১
৫৪। মোইরাংথেম রাজেনগী লন-থুম ১০২
৫৫। য়েক্লবা মাঙনবা হোৎনবা মোইরাংথেম রাজেন ১০৩
৫৬। মোইরাংথেম রাজেনগী সঙ্গ ১০৪
৫৭। শান্তি পাম্মী হায়বা মোইরাংথেম রাজেন ১০৫
৫৮। মোইরাংথেম রাজেনগা বীরেনগা ফ্রেন্দলী কন্টেষ্ট ১০৭
৫৯। লাম্বা লৈতবা মোইরাংথেম রাজেন ১০৯
৬০। হনুথংদা ঙা চাবা মোইরাংথেম রাজেন ১১১
৬১। মোইরাংথেম রাজেনগা বীরেনগা কায়নবা ১১২
৬২। ভাব তাবা মোইরাংথেম রাজেনগী মচাশিং ১১৩
৬৩। মোইরাংথেম রাজেন্না হনখিবদা ১১৪
৬৪। মচা থার্দ দিবিজন্দা পাস তৌবদা মোইরাংথেম রাজেন ১১৫
৬৫। মোইরাংথেম রাজেনগী হৈনবী ১১৬
৬৬। সিদার্থ অমসুং মোইরাংথেম রাজেন ১১৮
৬৭। ব্রাথোক ঙম্বা মোইরাংথেম রাজেন ১১৯
৬৮। সোসিয়েল ব্রার্কর মোইরাংথেম রাজেন (১) ১২০
৬৯। সোসিয়েল ব্রার্কব মোইরাংথেম রাজেন (২) ১২২
৭০। সোসিয়েল ব্রার্কর মোইরাংথেম রাজেন (৩) ১২৩

# মোইরাংথেম রাজেনবু শৌগৎচরে

লাক্লিবা হন্দক্কী মীখল অসিদা
ঐখোয়গী কেন্দ্র অসিদা
মীরেপ অমা ওইগদৌরিবা
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহবু
শৌগৎচরে ইমুং-মনুং হূপ্লা :-
মাগী লোয়নবীগী সনা শাবিবগী
মচানুপিগী অওঙ-অউন তম্বিবগী
মচানুপাগী গাড়ী লৈবিবগী
মশুশিংবু পন্থী খোৎপীবগী
মমা মপাগী শোরাৎ শোনবিবগী
ওজা ওইরিঙৈ লাইরিক তম্বিবগী
দাক্তর ওইরিঙৈ অনা লায়েংবগী
দুকান ফম্লিঙৈ পোৎ-চৈ য়োনবগী
ঠিকা তৌরিঙৈ লম্বী থোং শেম্বগী
হোতেল ফম্লিঙৈ চা য়োনবগী
লৌমী ওইরিঙৈ লৌউবগী
ঙামী ওইরিঙৈ ঙা ফাবগী
ইংখোল কোইরিঙৈ মনা- মশীং থাবগী
পালা য়াওরিঙৈ ঈশৈ শকপগী
চাকরী ওইরিঙৈ তোলোব চাবগী
গ্রেদ ফোর ওইরিঙৈ চে লাম্থোক-লানশিন তৌবগী।

# মোইরাংথেম রাজেনবু ওকখ্রে

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, মাগী ইমুং- মনুংনা।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, মাগী শাগৈ-নাতৈ মরী- মতানা।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, খুদোংচাবা লৌনীংবশিংনা।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, তৌগে মতাগুম য়াদবশিংগী মাঙদা।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, মাবু য়াবশিংনা হরাওমন্দুনা।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, মাবু য়াদবশিং খোয়দৌ থীৎনবা।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, মীসু ওকনৈ হায়দুনা।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, মাগী থম্মোয় শুমহৎনবা।

## মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, চৎনবী অমা ওইনা।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, তঙায়ফদবা নৎত্রবসু।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, মঙোন্দা ভোৎ পীবশিংনা।

মোইরাংথেম রাজেন ভোৎ কারে
তরাম্না ওকখ্রে মাবু, পাউ- চেদা পাউ হাপ্লক্লবা।

# মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে

নোং য়ুবদগী নীংখায়রবা মাগী য়ূমগী ফক্লাং
মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে।

লায়না-তীলনানা শোক্লবা মাগী লৌবুক্কী ফৌ
মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে।

কঙনা থনা লৈরবা মাগী পুখ্রী
মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে।

কোবী মনা- মশীংনচিংবা থারিবা মাগী ইংখোল
মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে।

মিরাং অমদি লৈকাং থাংলবা মাগী য়ূম
মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে।

হেদমাষ্টর ওইরবনিনা মাগী স্কুলগী অৱাৎ-অপা
মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে।

য়ূম্বু ওইরবনিনা য়ূমগী অৱাৎ-অপা খো-খোৎপা
মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে।

নোংমগী চঙদ-য়াদ্রবা মাগী য়ূমগী চান-থক্লবা পোৎলম
মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে।

## মোইরাংথেম রাজেন

এম এল এ ওইরবনিনা মাগী কেন্দ্রগী লম্বী-থোং মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে।

মথৌ ওইনা য়েংশিনববু ফোঙলকপনি পাউ ওইনা অসুম্না ঃ- "মোইরাংথেম রাজেন্না য়েংশিনখ্রে"।

# মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি

মাগী ছাত্রশিংবু লাইরিক তম্বীবগীদমক
ওজা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

মাগী পেসেঞ্জরশিংবু গাড়ীদা পুবীবগীদমক
ড্রাইভর মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

মাগী মচাশিংবু য়োকপী-থাকপীবগীদমক
মপাবুং মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

শোরাৎতা লৈ-চন্দোন তৌবীবগীদমক
অরাংফম মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

লুহোংবদা বর শেন্নবীবগীদমক
বর শেন্নবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

লুহোংবদা ঈশৈ শকপীবগীদমক
শৈশকপা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

মাগী কন্যাদা লৈ পরেং হূকপীবগীদমক
বর ওইরিবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

শেল লৌরগা থবক হাল্লীরকপগীদমক
শেঞ্জাবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

## মোইরাংথেম রাজেন

মাগী ব্রার্দকী অনাবশিং লায়েংবীবগীদমক
দাক্তর মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

লায়েংমন ফজনা লৌরগা অনাবা ফহনবীবগীদমক
লায়েংবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

মাগী লোয়নবীনা লোনবা চা থকপীবগীদমক
মপুরোইবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

মশানা মশাবু সোসিয়েল ব্রার্কবনি হায়জবগীদমক
হায়জরিবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

ভোৎ লেপনীংববু সোসিয়েল ব্রার্করনি হায়বীবগীদমক
হায়বীরিবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

শেলনা লৈবা য়াদুনা ভোৎ পীবীবগীদমক
অপঙবা ভোটর মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

শেলনা মীবু পঙথহল্লগা ভোৎ কাবগীদমক
পঙথহনবা হৈবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

ওইদ-পাম্বৈনা কারগা মীয়াম্বু থাগৎপীবগীদমক
থাগৎলিবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

মশাগী কেন্দ্রগী লম্বী-থোংনচিংবা শেম্বীবগীদমক
এম এল এ মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

# মোইরাংথেম রাজেন

তৌফম থোকপা মথৌ তৌবশিংবু থাগৎপীবগীদমক
থাগৎপীরিবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

মী নেক্তুনা মশাবু থাগৎহনবগীদমক
নেকপা হৈবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

থাগৎনবা নেকপদা য়াদুনা রাজেনবু থাগৎপীবগীদমক
নেকপদা য়াবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

মী নেক্লগা থাগৎলকপদা হরাওজবগীদমক
হরাওজরিবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

খবরদা রাজেনবু থাগৎকনি হায়না থাগৎপীবগীদমক
থাগৎলিবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

থাগৎত্রবসু য়াবা রাজেনবু থাগৎপীবগীদমক
থাগৎলিবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

থাগৎফম থোকত্রবা রাজেনবু থাগৎপীবগীদমক
থাগৎলিবা মোইরাংথেম রাজেনবু থাগৎচরি।

# মোইরাংথেম রাজেনগী মায়থোঙ

শকথীবা মায়থীবা মোইরাংথেম রাজেন
মায়থীবা হেক ফংবদা মানা তৌবা থবক্তা
অমুক্কা হেন্না থী মহাক্কী মশক
হায়নৈ মীনা শকথীবা রাজেন, মায়থীবা রাজেন
নুংঙাইজদে মথম্মোয়দা মশক থী খল্লুবদা মায়থীবা ওইবদা
উৎনীংদে মহাক মাগী মশক মীমাঙদা।

শকথীবা মায়থীবা মোইরাংথেম রাজেন
মায়বু হেক পাকপদা মানা তৌবা থবক্তা
মায়থোঙ মকা লাম্মী, থোইনা হেন্না নিংথী
ওইরকই মায়থোঙ ফজবা রাজেন
হরাওজৈ মথম্মোয়দা মায়থোঙ মকা লাম্বদু
উৎনীংই মহাক মাগী মশক মীমাঙদা।

শক- ফজবা মায়পাকপা মোইরাংথেম রাজেন
মায়থীবা হেক ফংবদা মানা তৌবা থবক্তা
মায়থোঙ মকা লামদে, মকশিল্লি মায়থোঙ
ব্রাৎলি মায়থোঙ ফজবা ফনা য়াম্না পায় পাকচদুনসু
নুংঙাইজদে মথম্মোয়দা মকশিল্লবদু মায়থোঙ
উৎনীংদে মহাক মাগী মশক মীমাঙদা।

শক- ফজবা মায়পাকপা মোইরাংথেম রাজেন
মায়বু হেক পাকপদা মানা তৌবা থবক্তা
পূম্পাক পাক্লে মাগী মায়থোঙ

মোইরাংথেম রাজেন

ফজনা পাক্লে পূর্ণিমাগী থাজগুম
হরাওরে নুংঙাইরে মথম্মোয়দা মায় পাকপদু খল্লুবদা
উৎনীংলে মহাক মাগী মশক মীমাঙদা।

## মোইরাংথেম রাজেন্না ঙক্লম্বদগী ঙক্লক্তবা

খঙদবা থৌদোক কয়া থেংনবদা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

ষ্টেসন্দা পাউ পারগা রেদিওদা তাবা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

অরাপ্পদগী ফোন্দা ৱা হায়রকপা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

এরোপ্লেন্দা তোংদুনা চৎপা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

নহানা ওল্ড এজ পেন্সন ফংবা য়াওরম্বা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

ইনাকখুনবনা বি পি এল কার্দ পায়বা য়াওরম্বা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

## মোইরাংথেম রাজেন

মতীক চাদবা কয়ানা থবক ফংবা য়াওরকপা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

মরম চাদনা প্রোমোসন ফংবা য়াওরকপা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

ওইল্ দিপোদা থাউ ফংদ্রগা গেৎতা ফংবা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

চন্দোন থিনবীনা য়েরুম-বোরা য়োনবা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

ফৈজোম শেৎপনা ফিরোয়দা য়ু থকপা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

সরকারগী থৌরাং কয়া ফেল ওইরকপদা
ঙক্লম্বনি হান্নদি মোইরাংথেম রাজেন
অদুবু ঙকখিদ্রে তোয়না থেংনবদগী।

# মোইরাংথেম রাজেনগী মপাঙ্গল

মপাঙ্গল কনবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি
মশাগী মপাঙ্গল কনবদগী।

মপাঙ্গল কনবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি
পাখণ্ড মপূং ফারকপদগী।

মপাঙ্গল কনবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি
লায়না-তীলনা চেন্দবদগী।

মপাঙ্গল শোনবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি
মখূৎতা পাঙ্গল লৈবদগী।

ঙরাংগী ঙাখা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি
অরোনবা পাঙ্গল লৈবদগী।

পেৎ মেখায়বা য়াবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি
অন্নায়বা পাঙ্গল লৈবদগী।

## মোইরাংথেম রাজেন

মপাঙ্গল শোনবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি
মাগী মীনা ভোৎ কাবদগী।

মপাঙ্গল কনবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না শোল্লি
মাগী মীনা ভোৎতা তুবদগী।

মপাঙ্গল কনবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না শোল্লি
অরেং-অরেং পৃথবদগী।

মপাঙ্গল শোনবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল য়াম্না শোল্লি
চহী অহল ওইশিল্লকপদগী।

মপাঙ্গল কনবা মোইরাংথেম রাজেন
মপাঙ্গল অসুম শোন্থরকই
হনু শীংদা চল্লকপদগী।

# য়াম্না কনবা মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মশা-মউ ফবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
লায়না-তীলনা চেন্দবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
ইনখৎলকপা মতম ওইবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মচিল-মনাও খূৎকন-পাঙ্গনবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
নুপী মরী ফবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মরায়বক থম্বাল শাৎপদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মাগী ফুরিৎখাউ চোনবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
ফিরান মমায় চুম্বদগী।

# মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
অৱায়বা পাঙ্গল লৈবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মাগী ঙাক্লৌ ফবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
তৌরু-তৌরু মপা চাবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মখূৎতা আইন পায়বদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মন্ত্রীগী পাম্বোম ওইবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
অঙম্বনা মাগী পাম্বোম ওইবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মাগী শোই চৎনবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মখূৎতা ব্রহ্মাস্ত্র পায়বদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মাগী পার্টিনা সরকার পায়বদগী।

# মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মঙোন্দা য়েৎপীনবা লৈতবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মানা তৌরিবমখে চুমহনবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
চৈরাক পীবিনবা রাৎপদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মাগী লাম্বা লৈতবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মীনা মাগা মান্ননীংদবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
রাজেনগুম্বা মীচঙ লৈবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মরল-মথুম মরাং কায়বদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মানা ঙমগদবা মীওইশিংদা।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মঙোন্দা খূৎ হনবা ঙম্লোইদবশিংদা।

## মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
য়ূমগী নুপী-অঙাংশিংদা।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মাগী য়ূমগী মাঙ্গোন্দা।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মাগী মীনা ভোৎ কাবদগী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
মাগী মপাল ফরিঙৈদা।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না কল্লি
ফিরাল মমায় চুমলিঙৈদা।

মোইরাংথেম রাজেন

# কল্লম্বদগী কল্লু য়াদবা মোইরাংথেম রাজেন

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
অহলগী মতম য়ৌরক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
হকচাংনা লায়না চেল্লক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
খোঙ-খূৎনচিংবা তেক্লক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
নুপা-নুপী মরী শোক্লক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
অরেঙ-অরেঙ পূখরক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
তৌরু-তৌরু মায়থীরক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
খূৎ হল্লকদবা লৈরক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
মাগী ঙাক্লৌ লৈরক্ত্রবদা।

মোইরাংথেম রাজেন

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
মরুমদা মী লৈরক্রুবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
অব্রায়বা পাঙ্গল লৈরক্রুবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
খুৎতা আইন পায়দ্রবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
খুৎতা ব্রহ্মাস্ত্র লৈত্রবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
মাগী পার্টিনা তুখ্রবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
য়েৎপিনবা ময়াম থোরক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
মাগী লাম্বা চোংথোরক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
মাবু ঙম্বা থোরক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
মানা তৌনমখৈ লানহনলক্লবদা।

## মোইরাংথেম রাজেন

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
খূৎতা শেল তৎলক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
চৈরাক পীনবা লৈরক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
পায়রম্বা ফমদগী তোক্লক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
মাগী মন্ত্রীনা ফম তাখ্রবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
মাগী শোই চৎনরক্রবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
য়েৎ-ওইগী পাম্বোম তেকখ্রবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
মাগী মতম লোইরক্লবদা।

কল্লম্বা রাজেন কল্লু য়াদে
রাজেনগুম্বা মীচঙ লৈরক্রবদা।

কল্লম্বনি মোইরাংথেম রাজেন
কল্লু য়াদবনি মরায় চায়থরকপদা।

# ওপোজিসনবু পেন্দবা মোইরাংথেম রাজেন

তৌনীং তৌই সরকার পায়রিবা পার্টিনা
ঙমখৈ লৈত্রে প্রজাগী অৱাবা
তুমীন্না লৈ ওপোজিসন পার্টিশিং
পেন্দ্রমাল্লে ওপোজিসনগী মতৌদা
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহ
হায় মহাক্না :-
- মনীং তৌরে সরকারসে
লৈতবগুল্লে লৈবাকসিদা ওপোজিসন পার্টি
য়েংশিন্নবা সরকারগী অশোয়বা
- ভোৎতদি হেক্তা চোংথোরক্কনি নুংশিবিয়ু হায়না।

মীয়াম অমা লৈ লৈবাকসিদা
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহগুম্বা
হায়বনি মখোয়সু রাজেনগুম্না চপ মান্ননা।

ফনা কন্না হোৎনবনি ওপোজিসন পার্টিশিং
পুথোক্কুনা সরকারগী অশোয়বশিং
তাকপনি থিন-থিন্দুনা নিয়ম চুমদবশিং
অদুবু হেক্তা পী ভোৎতি রুলিং পার্টিদা
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহ
অসুম্না অতৈ রাজেনগুম্বা কয়াসু।

রাজেনগুম্বা ময়াম্বু উবদা
তম্থবা পোক্লকই ওপোজিসন পার্টিশিং

অদুনা লৈথোকই করিগুম্বদা তুমীন্না
তৌরক্লবসু সরকারনা অশোয়বা কয়া,
খল্লকই অসুম্না ওপোজিসন পার্টিশিং
- ৱাগে ৱাজরসনু প্রজা মীয়াম।

মসিদনি হায়রকপা মথক্কী ৱারোল
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহনা।

# য়াম্লা শিংবা মোইরাংথেম রাজেন

(১)

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা শিংই
খোঙ থাংদ্রিবৈঙে থাংফম য়েংই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা শিংই
নাক-য়েৎ তুং-মাঙ য়েংনা চৎলি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা শিংই
অমগসু অমগসু য়ানবা চৎলি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা শিংই
শারিবৈঙেদা য়ৈহৌই শাজনীংবা শাহৌই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা শিংই
অশংবা মতম লেম্লা মাঙহন্দে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা শিংই
অরেম্বদা মতম মাঙহন্দে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা শিংই
মানা শিংবদি লৈবাক চাওখৎলি।

(২)

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা শিংই

লৈথোক-লৈশিন য়ানবা ঙাঙবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মী ইনশিনবা য়াম্না হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মীবু শুমদুনা ঙাঙবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
খাইদোকপা হৈতে তিনশিনবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
থীনা হায়রবসু ইকায় খঙদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
লৌশিল্লগা কান্নে মুন্না খঙই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
কান্নগদবা লৈরবদা মাথোকপা তৌদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ময়াম শুমিন্নবদা লৈথোকপা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মী খৎনহনবা য়াম্না হৈ।

## মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ওইদবনা অওই-শানা ঙাঙবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মী নপ্পা য়াম্না হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মীগী মরল মৎপা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ফম চাউরিঙৈ পঙতান্দা তানশিল্লি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
টেবলদা লৌউবা য়াম্না হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
লাইরবগী শেলফমদগী ককহৌবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মীয়ামদগী শেল খোমগৎপা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মাগী মিংদা শেলয়াম থমদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
হূৎ-ফেৎ বন্দর-ফদর য়াম্না হৈ।

# মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
থেঙনা কায় ঙন্না হল্লি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
সরকার পায়বদা হেক্তা নম্লি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মী শাউহন্দনা ঙাঙবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ময়ূম শঙ্গাবদা পোৎয়েং লৌই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
পোৎয়েংগীদমক মচাগী চুড়াকরণ পাঙথোকই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মতমগী ইরাং খঙনা চৎলি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ঐগী মীগী নাইনা চৎলি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ব্লেক-মার্কেটতা থব্রায় য়াওই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ব্লেক-মনিদা থব্রায় লূপ্লি।

# মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মশাগী মরাল লোৎশিনবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মশা নুংঙাইরগা লোইরে খল্লি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ৱাহন্থোক অনী ঙাঙবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
অরুবা ৱাফম থয়াইননা ঙাঙই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
চীন্দা লৈ-অনী লোঙবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ঠিকাদা আকাশ বিলনা শেল লৌবা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
গ্রুপ ফোটো লৌবদা মাঙদা হোৎচিল্লি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মোরেল গ্রাউন্দা ফম থাদোক্তে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
কান্নরোইদবদি দান তৌদে করিমতা।

## মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
ফনা লান্দুনসু থাদোক্কে ফম।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মচা শেম্বদা মীচা তম্বিদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
পীথোক্কদবা লৈরবসু পাক পীথোক্কে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মশাগী মরাল মীঙোন্দা থংজিল্লি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মীগী ফংফম থোকপা হাইহৎপা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মীগী অৱামন হৈনথোকপা হৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
পোৎচে খূনবা মীঙোন্দা হায়দোক্কে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না শিংই
মানা শিংবদগী লৈবাক মাঙই।

# য়াম্লা পঙবা মোইরাংথেম রাজেন

(১)

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা পঙই
মীনা য়ানবা চৎপা হৈতে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা পঙই
মীনা ইনশিনবা হেক্তা য়াই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা পঙই
মীনা তাকপদা করিমতা লৌদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা পঙই
মাগীদমক হায়বিবা খক য়াদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা পঙই
অফ-ফত্ত করিমত্তা খঙদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা পঙই
মানা পঙবদগী মাঙনবা ওই।

(২)

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা পঙই
থবক শুবদা নাম্থোকপা হৈতে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্লা পঙই
কাবদা ঙক্লি হুনবদা থেঙই।

# মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
পূচেল শেংনা থবক তৌই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মী নপ্পা করিমতা হৈতে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
ফনা চাউরবসু চম্না লৈ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
থবক হাপ্পদা শেল চাদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
ঠিকা তৌবদা আকাশ বিল শাদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
ফম চাউরিঙৈ তানশিনগে খন্দে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
লৌজনাম ওইজনাম করিমত্তা খঙদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
খদ্রক-মদ্রক কদর-ফদর করিমতা হৈনদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
থীনা ঙাঙনবদা ইকায়বা ফাওই।

## মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
অচুম্বা তৌরিঙৈ শেল তান্দে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মীয়ামগী হোৎনরিঙৈ মচা শেমদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
হায়নখিবা ৱাফম ঙাক্লা চৎলি।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
হায়দোকই পূক্লিংগী ৱা দোঙ-দোঙ।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
পীগদবা লৈরবদি হান্না পী।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মশাগী মরাল মশানা য়াজে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মীগী অৱাবদা নাসু ৱায়।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
টেবলদা থোং শাবা করিমত্তা হৈতে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মপাবুংগী শোরাৎতা পোৎয়েং লৌদে।

## মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
পোৎয়েং ফংনবা চুড়াকরণ তৌদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
ফম থাদোকপদা নাচুংবা তৌদে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মশাগী কান্নরোইদবদসু দান তৌই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
অশিবা শেল ফাওবা চাগে খন্দে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মোরেল গ্রাউন্দা ফম থাদোকই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মীগী শেল হাইহৎকে খন্দে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মীগী ফংফম থোকপা হৈনথোকপা হৈতে।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
পোৎচৈ খূনবা খবরদা ফোঙই।

মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না পঙই
মানা পঙবদগী লৈবাক ঈংই।

## বার্তনগী ব্বারোল ঙাকপা মোইরাংথেম রাজেন

বার্তনগী ব্বারোল ঙাক্লা চৎলি
মোইরাংথেম রাজেন,
পাঙথোকই ঙম্মী'মখৈ বার্তনগী ব্বারোল
ঙামদ্রগনা তোকথোকপসু ময়াওই,
হাইদোক্তে অতোপ্পা লমফৈ অমদা
য়াওরকত্রবদি বার্তনগী ব্বারোলদা।

বার্তননি লাইরিক ফোঙবগী
মুন্না য়েংই রাজেন মদুদা
য়াওরম্মী লাইরিক ফোঙবগী থৌরম পরেং,
চৎলি রাজেন লাইরিক ফোঙবা
পূক্লিং চিংশিল্লি মহাক থৌরম পরেং পাঙথোকপদা।

বার্তননি লুহোংবগী
ইরম্মী মদুদা অসুম্না :
- "নৌনা য়ূম্বাল-লম্বীদা খোঙদারক্লিবা
বর কন্যা অনীবু
মঙ্গলাশীর্বাদ পীবীরনবা
পত্রনা নিমন্ত্রণ কচ্চরি",
চৎলি রাজেন লুহোংবা
অদুগা পী মঙ্গলাশীর্বাদ বর কন্যা অনীদা
দান থাদবা মতমদা।

বার্তননি য়ূম্ শঙ্গাবগী

ইরম্মী মদুদা অসুম্না :
- "নৌনা শাজবা য়ূম অসি শঙ্গাজগদৌরি
য়াইফ-মঙ্গল পীবীরনবা
অমদি প্রসাদী সেবা ফংবীরনবা
চেনা পাউজেন পীজরি",
চৎলি রাজেন য়ূম শাঙ্গাবা
অদুগা পী য়াইফ-মঙ্গল থৌবুদা
অদুদগী ফংই প্রসাদী সেবা পেন্না।

বার্তননি শোরাৎকী
ইরম্মী মদুদা অসুম্না :
"নাম শ্রবণ ফংবীরনবা
পত্রনা নিমন্ত্রন কচ্চরি",
চৎলি রাজেন শোরাৎ য়াওবা
অদুগা ফংই নাম শ্রবণ সংকীর্তনগী।

অসুম্না ঙাকই বার্তনগী ৱারোল,
পীদে পোৎয়েং থৌবুদা
থাদে শেল পাল্লাদা
বার্তনগী চেরোলদা য়াওবকতবনা
মাগীদসু পোৎয়েং লৌদে শেল থাহন্দে।

# মোইরাংথেম রাজেন : রাহু রাজেন

রাহুনা উম্মী নুমিৎ থা মরক-মরক্তা
অদুগা ওইহল্লি সুর্য্যগ্রহণ চন্দ্রগ্রহণ,
অদুবু য়োৎতি য়োৎতে উম্মগতা মতোকই
মকোক্তমক ঙায়বনা,
অদুগা ওথোকই কোন্না উম্মবা মতুংদা
মহাও খণ্ডদে উম্মগতা তোকপনা,
রাহু হিংচাবনি মকোকতমক মঙায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না পাই রাধা-কৃষ্ণগী ৱারী
তাসু তায় ৱারী-লীবনা লীবদগী
অদুবু থিজিন্দে অথূপ্পা ৱাদি
পারগতা মতোকই, তারগতা তোকথোকই,
ঙমদে মমূৎ তানা লৌশিনবদি
অদুনা খল্লি কান্নদবা ৱারীনি
হুন্দোকই করিসু লৈতবনি হায়না
অদুনা রস খণ্ডদে, অথূপ্পা ৱাদি খণ্ডদবনা।

মীয়াম্না খণ্ডই থৈবোঙগী মহাও,
রাজেন্না খণ্ডদে থৈবোঙগী মহাও
মনুংদা অহাউবা লৈ খণ্ডদবদগী;
মীয়াম্না খণ্ডই চুগী অথুম্বা,
রাজেন্না খণ্ডদে চুদা চুহী য়াওই হায়বা
অদুনা খণ্ডদে চুগী অথুম্বা;
মীয়ামদি হৈ শঙ্গোম শুম্বা

*মোইরাংথেম রাজেন*

অদুনা ফংই শঙ্গোম ষণবীদগী,
রাজেনদি হৈতে শঙ্গোম শুম্বা
অদুনা লৌবা হৈতে ষণবীদগী কান্নবা।

রাজেন্না হায় রাধাবু সতী ধর্ম ঙাক্তবীনি
খল্লি মানা শ্রীকৃষ্ণবু লমচৎ কাম্বা নুপানি
অদুনা লৌশিনবা ঙমদে নুংগী অথূপ্পা ব্রা
উম্মগতা মতোকই, উম্মবা তুংদা ওথোকই
অদুনা খঙদে রাধাতত্ত্ব করিনো হায়বা
ভগবান কৃষ্ণ কনানো হায়বা
রাজেন রাহুনি য়োৎশিনবা ঙমদবা।

# মোইরাংথেম রাজেন: কবন্ধ রাজেন

কবন্ধনা চায় অশাংবা মখূৎনা ফারগা জীবশিং
অদুগা য়োৎশিল্লি মবূক থন্নবা,
ফনা মবূক থন্দুনসু মহাক
খনবা ঙমদে করিনো হায়বা মানা চারীবদুগী
কবন্ধ হিংচাবনি মকোক য়াওদবা মশাদমক ঙায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না পাই রাধা-কৃষ্ণগী ৱারী
পাবনি পেন্না ৱারী নুংঙাই হায়দুনা
ফনা য়াম্না পাদুনসু মহাক
খন্থবা ঙমদে করিনো হায়বদি
রাজেন কবন্ধনি খন্থনীংঙাই মকোক য়াওদবা।

মীয়াম্না খঙই কৃষ্ণনা হূই গোপীশিংগী চিৎ
অদুনা কৌনবনি মাবু চিৎচোর,
রাজেন্না খল্লি কৃষ্ণনা হূই গোপীশিংগী ফি
অদুগা হায় কৃষ্ণবু গোপীশিংগী ফি হূরানবা,
মীয়াম্না খঙই শ্রীকৃষ্ণদি থাদোক্তে বৃন্দাবন
রাজেন্না হায় শ্রীকৃষ্ণদি থাদোকই বৃন্দাবন
অদুগা লৈখি মথুরা অমদি দ্বারকাদা,
মীয়াম্না খঙই রাধাদি জীবনি কৃষ্ণনা পরমাত্মানি
জীবগী লৈফমদি বৃন্দাবন্নি
বৃন্দাবন্দি লৈফম্নি রাধাগী
রাধা কৃষ্ণ এমত্তনি, জীবাত্মা পরমাত্মাগী মরীনি
অনীগী মরীদি মধুর্য্যনি,

## মোইরাংথেম রাজেন

রাজেন্না হায় তুক্কচনীংঙাইনি রাধা কৃষ্ণগী মরীদি
রাধানা নুপীনি কৃষ্ণনা নুপানি
অনীগী মরীদি নুপা নুপীগী মরীনি,
অসুম্না ঙমদে খন্থবা রাজেন মকোক য়াওদবনা
রাজেন কবন্ধ হিংচাবনি মকোক য়াওদবা।

## বার্তন ফংবদা মোইরাংথেম রাজেন- ১

লুহোংবগী, শোরাৎকী, য়ূম শঙ্গাবগী, চূড়াকরণগী
বার্তন মনম মনম ফংবদা
মোইরাংথেম রাজেন্না হায় :
- "তৌনীংবমখৈ তৌরকসনু করিসু কায়দে
ঙস্মীমখৈ চৎকনি ঙমদ্রগনা তোক্কনি
চৎপা তারবসু চুম্নতা চৎকনি :-
শোরাৎকী ওইরগনা
সংকীর্তনগী নাম শ্রবণ ফংবা চৎপা;
লুহোংবা, চূড়াকরণ, য়ূম শঙ্গাবগী ওইরগনা
য়াইফ মঙ্গল পীবা চৎপা।"
লৌখিদবনি মাগীদা মীঙোন্দগী পোৎয়েং
থাহনখিদবনি পালাদা শেল
তৌখিবনি বার্তন মী খরতমক
তোনশিল্লুদবনি মীগী লমন "পোৎয়েং।"

## বার্তন ফংবদা মোইরাংথেম রাজেন- ২

য়ৌরকপদা
হিয়াঙ্গৈ পোইনু, ফাইরেল লমদা
ফংবদা লুহোংবগী বার্তন মনম মনম
তত্তনা হায় মোইরাংথেম রাজেন্না :
- "খাঙবা ঙমদ্রে খিৎসু হাকমনখ্রে
নোংমদা অহুম-মরি, মঙা-তরুক
করিগুম্বদনা তরেৎ-নিপাল, মাপল-তরা
মরক্তসু শোরাৎকী, চুড়াকরণগী, যূম শঙ্গাবগী,
পোৎয়েংদা নত্তে পালাদসু থাগদৌরিবনি"
হায়বনি ব্রাফমসি রাজেন্না
কাউশিন্নরগা মাগীদা মানা তৌখিবা বার্তন
শরাশন্না পাক চাউনা।
খল্লি অমুকসু মহাক্না :
- তৌগনি ঐগীদা ঙম্মীবমখৈ ভারীদা
মরূপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈ, মরী-মতা
কনা'মত্তা চিংখদনা।

## ফৈরেং-তুরেংবা মোইরাংথেম রাজেনগী ময়েক

পামজবদগী শেৎলি, লীৎলি, উপ্পি
নুপামচা কয়ানা
মওং-মরীল তাদ্রবা খোঙগ্রাও, ফূরীৎ, টুপি
মানা মানা পামজবা ষ্টাইলদা
ফজরবনি হায়দুনা
মওং তানা তরু-তনান্না শেৎ-লীৎপগী মহুৎতা,
অসুম্না নুপীমচাশিংসু
তোঙান-তোঙানবা মওংদা,
উবদা মখোয়সিংদু
মীৎ নাই, খোয়দৌ থীৎলি তুক্কচৈ
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

ফোঙই লাইরিক অমা মহাক্কী
ইরকই লাইরিক্কী মমিং, মহাক্কী মমিং
ফৈরেং-তুরেংবা ময়েক্না
মওং-মরীল তাদনা
ফজরবনি হায়দুনা
মহাক্না পামজবা ষ্টাইলদা
মওং-তানা তরু-তনান ইবগী মহুৎতা,
খঙদে মীনা পাবব্ থোক্লমগদ্রা
উবদা মাগী ময়েকশিং অদু।

# মোইরাংথেম রাজেন্না কল্লক্কুবা

কল্লক্তে করি অমত্তা কল্লক্তে
মোইরাংথেম রাজেন্না কল্লক্তে
মীগী ৱাং-চাউরবা য়ূম কল্লক্তে
মীগী মমল য়াম্লবা মরল-মথুম কল্লক্তে।
করিগী কল্লক্লিবা ?
মাগী শেলথোক্লা ফংবা ঙল্লরোইদবা মরম্না,
করিগীসু কল্লক্লুগনি
ফংবা ঙল্লরোইদবশিং অদুবু।
অদুনা হায়
মোইরাংথেম রাজেন্না :
- হে থম্মোয় ! ঐগী থম্মোয় !
থাগৎচরি নহাকপু
কল্লক্লুদবগী মিহৌরুদবদগী মীগী মরল মথুম।
লোইনমক্কী নত্তে খরগীবুনি
ৱাংখৎখিবনি মখোয়গী য়ূম থাক থাক
পৈখৎখিবনি মখোয়গী মরল মথুম মরোল মরোল
শারম্নংনা, মীবু ওৎতুনা, মীবু মাঙহন্দুনা;
ফংখিবা শেলফম অদুনা
ফংখিবা মীগী ফংফম থোকপা শেলফমদুনা।
কল্লকফম থোকপ্রা অদুগুম্বা য়ূমদুবু
মিহৌরুফম থোকপ্রা অদুগুম্বা লন-থুম্বু ?
কল্লক্লুবা তারবা মিহৌরুবা ওইরবা
ওইরমগনি মাগী থম্মোয় শাগী থম্মোয়
অদুনা কল্লক্লুদবনি মিহৌরুদবনি মহাক্লা
থাগৎচবনি মহাক্লা মহাক্কী থম্মোয়।

# বন্দ তৌবিনু হায়জবা মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন
মীশক্লি মীয়ামগী থবক তৌবা
বন্দ ব্লোকেদ জেনরেল ষ্ট্রাইক্তা ক্বালিফাইদ ওইরবা,
খঙই খ্বাইনা মাবু মশক
বন্দ তোয়না কৌবগী থৌদোক কয়াদা:
নোং চুদবগীসু বন্দ, নোং তাবগীসু বন্দ
লেন তাবগীসু বন্দ, নোংলৈ নুংশিৎকীসু বন্দ
অঙাং কপ্পগীসু বন্দ, ইন্সাং হাউতবগীসু বন্দ
পেন্দবা অমগীদমক্তা হেক্তা বন্দ
বন্দনিবু হায়রবা হেক্তা য়াওই মহাকসু।
কুমওন থৌরম য়ৌরকই মহাক্কী অপোকপগী
হায়জৈ মানা খবরগী খোঙদা :
- লাক্লিবা য়ূমশা-কৈশা নুমিৎসে
থৌরম্লি চামা শুবা মপোক নুমিৎ
ঐখোয়বু পোকপীরম্বা বাবাগী
পাঙথোক্লবগীদমক থৌরম অসি পাক চাউনা
হৌজরে শেম শাবা
বার্তন্নচিংবা তৌদুনা
অদুনা তৌজরি আপীল লূপ খূদিংমক্তা
তৌবীদনবা নুমিৎ অসিদা করিমত্তা
বন্দ, ব্লোকেদ, জেনেরেল ষ্ট্রাইকনচিংবা,
মখা তাই অমুকসু মহাক্না :
শোকহল্লি বন্দনা
নোংমগী চন্না তাঞ্জরিবা লাইরবা কয়া
পায়খৎপীয়ু অতোপ্পা থৌরাং অমা বন্দ নত্তবা।

# পোৎলানহনবা মোইরাংথেম রাজেন

ভোৎ লেপ্পী মোইরাংথেম রাজেন
থৌরম পাঙথোকই ফিরান চিংখৎপগী
পোৎলানবগা লোয়ননা,
অথেনপোৎ পুরকই মায়কৈ কয়াদগী
খোঙনা লাকই অনকপদগীনা
গাড়ীদা লাকই অরাপ্পদগীনা,
য়েল্লি মাঙজৌননা লুপা লীশিং তরা তরা
লৈকায় অমমমদা পোৎলান্নবা অথেন পোৎ শেম্লবা
খঙহল্লি মীয়ামদা মীয়াম্না য়াই হায়বা
পুথোকই মানা গাড়ীগী অব্রায়মনসু;
খঙনরকপদা মীয়াম্না পোৎলানবগী থৌওং
হংনরকপা য়াওরকই :
"মাগীসিবু পোৎলানবরা পোৎলানহনব্রা ?"

# ইনাক খুল্লক্কনি কিবা মোইরাংথেম রাজেন

কি, য়াম্না কি, ইনাক খুল্লক্কনি কি
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহ;
অদুনা ইনাক খুন্নীংদে মহাক
ওইনীংদে শেল পায়বা মীশক;
পুন্সি ঈখম্নখ্রে ইনাক খুনবা কয়া শেল লৈবদগী
শিখিবনি মখোয়, মখোয়গী শেলনা মরম ওই,
অদুদি অদুগীরা মহাক্না কিরিবা
শিনীংদবগীরা মহাক্না ইনাক খুন্নীংদবা ?
নত্তে, শিবা কিবগী ইনাক খুন্নীংদবা নত্তে
শিবা তাবনি পোকপু পোক্লবদি
শেলনা মরম ওইদ্রবসু শিগনি মরম অমনা,
অদুদি করিগীনো মহাক্না ইনাক খুন্নীংদ্রিবা ?
চম্না লৈজবা মহাক্নি
ঐশ্বর্য্য-গর্বিত য়াওদনা, মদ কাদনা;
খূৎতা শেল পায়রক্লবা ইনাক খুনবা ওইরক্লবা
য়াই নাপল কারকপা
"ঐ মঙায়রে" খল্লকপা য়াই
"মীবূ উৎশিৎভবা" ওইরকপা য়াই
অদুনা কি, মহাক কি
ইনাক খুল্লক্কনি কি।

# মোইরাংথেম রাজেন্না থবক হাপখিবশিং

নীংশিং থৌরম্নি মরৈবাক নীংবা অথৌবশিংগী
থব্রায়না পোম্থা ওইখ্রবা,
চীফ গেষ্টনি চীফ মিনিষ্টর
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ,
লৈখিদ্রবা মরৈবাক নীংবা অথৌবশিংদা
শ্রদ্ধাঞ্জলি পীবগা লোয়ননা
মখা তাই রাজেন্না মাগী ভাষন :
হৌজিক্কী সরকারগী থবক তৌবশিং
হক্তমক মতাল্লি মথৌদি তৌনীংদে
অদু তৌবীয়ু অদা পীবিয়ু
অসিনি মখোয়গী দাবী,
থম্মোয়দা ফাওদে মখোয়দা মরৈবাক নুংশিবা
তৌদে থবক কৎথোকপা য়াওনা
ওফিস কায় পূং তরামাথোইদা
অদুগা হল্লি পূং অনীদা।

খূবাক খুই প্রোক প্রোক তিল্লিবা মীয়াম
হরাওজে মদুদা মোইরাংথেম রাজেন
খল্লি মানা,
মানা হায়রিবদু অচুম্বনি
মদুদা মীয়াম্না পেনবনি,

অদুবু খল্লুদ্রমালে মহাক
মথৌ নিংথীনা তৌদবশিং

থেঙনা কারগা ওন্না হনবশিং
অয়াম্বা মাগী মী ঙাক্তনি
মহাক্লা থবক হাপখিবা,
মথৌ থৌশাদবনি মখোয়দো
কিদবনি মথক্কী মী
খঞ্জবনি মখোয় মঙায়রে
কনানা করি তৌরনি
চীফ মিনিষ্টরগী মীনি হায়দুনা।

# মোইরাংথেম রাজেন্না লৈখা তারক্লবদা

রাজেন্না মপাল ফরিঙৈ
ফিরাল মমায় চুল্লিঙৈ
মরায়বক থম্বাল শাৎলিঙৈ
লৈবাক লৈঙাক তৌরিঙৈ
মচীন মব্রা চৎলিঙৈ
খূৎতা শক্তি পায়রিঙৈ
আইনগী খুদোংচাবা লৌরিঙৈ
খূৎকী শোই চৎলিঙৈ
অঙাঙ খুদিং চুল্লিঙৈ
তৌরু-তৌরু মহে চারিঙৈ
খনখি উখি মহাক্না
সমুদ্রবু লাংখোং ওইনা
হিমালয়বু তুলসিবুং ওইনা
নোংশাবু উচি ওইনা
কৈবু হৌদোং ওইনা,
খনখিবনি মীয়াম্বু মহাক্না
খুয়াগী উফুল ওইনা
উখিবনি মমীৎতা মীয়াম্বু
তূমীৎ কাঙ ওইনা;
লৈখা তারকই মোইরাংথেম রাজেন
মানা কাপ তারকপদা
অরেং-অরেং পুখরকপদা
তৌরু-তৌরু শোয়রক্লবদা
মাগী মতম লোইরক্লবদা

## মোইরাংথেম রাজেন

মাগী মী লৈরকত্রবদা
উখি খনখি মহাক্লা
থৌরীবু লিল ওইনা
পাংখোক্লাবু লাই ওইনা
লিনহাবুসু লিন্দু ওইনা
ইরোইবু শামু ওইনা
লৈপনবু চীংশাং ওইনা।
ওইদবা কয়া ঙাঙখিবা
হায়জিনবা কয়া য়াওখিবা
মীবু শুমদুনা পুরুবা
মদুদা মীয়াম্না য়াখিবা
মাগী মতুং ইনখিবা
ওইরকই হৌজিক্তি
ফনা চুম্বা ঙাঙজরবসু:—
মৰা লৌবীদবা মোইরাংথেম রাজেন।

## কলচরবু পামজবা মোইরাংথেম রাজেন- ১

হায় মীয়ামদা তত্তনা
আর্ট এণ্ড কলচরগী মন্ত্রী
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহনা
- য়েংথীনহল্লি রাজনীতিনা মীগা মীগা
  নুংশিনহল্লি কলচরনা অমগা অমগা
  অদুনা খণ্ডমিন্নসি ঐখোয় পূন্না :
  "কলচর ফোর পীচ"
  ওনশিল্লসি মায় লমসিদা ঐখোয় পূন্বা।
পাঙথোকই খন্ন-নৈনবগী থৌরম অমা
মদুদসু হায়বনি ৱাফম অসি
দা. মোইরাংথেম রাজন সিংহনা,
পাথোকই খন্ন-নৈনবগী চেরোল অমা
স্কোলার অমনা
য়াওই চেরোলদুদা অসুম্না :
- রাজনীতিনা লৈবাক মাঙহল্লি কবিনা কল্লি ...।
স্কোলারনা পাথোরকপা চেরোলদু তাবদা
য়াওরম্বদা ৱাফম অসি
মথ্বায় নুংঙাইতমাল্লে মোইরাংথেম রাজেন
য়ানীংদবগুম তৌমাল্লে মদুদা
ফোঙদোকই পেন্দবা মহাক্লা
হায়রকই :
দ্রোপ তৌহন্নীংই ৱাফম অসি।
অদুবু কাউরমাল্লে মহাক্লা হায়খিবা :
- য়েংথীনহল্লি রাজনীতিনা মীগা মীগা।

## কলচরবু পামজবা মোইরাংথেম রাজেন- ২

হায় মীয়ামদা তত্তনা
আর্ট এণ্ড কলচরগী মন্ত্রী
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহনা
- য়েংথীনহল্লি রাজনীতিনা মীগা মীগা
  নুংশিনহল্লি কলচরনা অমগা অমগা
  অদুনা খঙমিন্নসি ঐখোয় পূন্না :
  "কলচর ফোর পীচ"
  ওনশিল্লসি মায় লমসিদা ঐখোয় পূন্বা।
  য়ৌরকই মীখল মতম
  লেপ্পী ভোৎ, ওনশিন্দুনা মায় রাজনীতিদা
  কলচরবু পামজবা মোইরাংথেম রাজেন।

## ৱারোল শূদবা মোইরাংথেম রাজেনগী বার্তন

লুহোংই মোইরাংথেম রাজেনগী মচা
তৌই বার্তন মাঙজৌননা মতম লৈরিঙৈ
হায় লুহোংদ্রিঙৈ উনবা খরদা :-
- "শোয়দনা লাকপিয়ুকো
  পোৎয়েংগী নৎচদে লাকহন্নীংদুনা তৌবনি"
খুম্মী মসিদা :
- "লাকচগনি শোয়দনা"
অদুবু চিংখরল্লে ৱারোল অমা বার্তনদা :-
"পোৎয়েংগী নচ্চদে লাকহন্নীংদুনা তৌবনি"
তশেংলবদি মানা হায়বা ৱাফম
য়াওফম থোকই "পোৎয়েং লৌজরোই" হায়বা অমা
চিংখরল্লে ৱারোলসিদি বার্তনদা,
করিগী চিংখরিবা ৱারোলসিদি ?
মরম লৈরমগনি ৱারোল শূদবগী।

মোইরাংথেম রাজেন

# মোইরাংথেম রাজেন্না ঙমদবা

মন্ত্রীনি কেবিনেৎ থাক্কী
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহ
তৌগেতা ঙম্মী তৌনীং তৌনীংবা :
পী ওল্ড ওজ পেন্সন চহী য়ামদ্রিবা মীদা
সিফাই হাপ্পি মপাঙ্গল শোনবা মীবুসু
মতেং পী ঈচাওগী তেংবাং য়ূম থুমদবা মীদসু
বি এল পি কার্দ ইনাক খুনবা মীদসু
মাগী মীনিবু হায়রবদি
মাগী কেন্দ্রদা।
খৎতোকপা ঙম্মী অহল ওইরবা কয়া
ওল্ড ওজ পেন্সন স্কিমদগী,
য়াওহন্দবা ঙম্মী লাইরবা কয়া
বি পি এলগী কাঙলূপ্তা
মঙোন্দা ভোৎপু পীদ্রবদি,
কয়াদা ঙল্লিবা মানা তৌগে খনবশিং।
অদুবু ঙমদে মহাক করি'মত্তা
মোরেল গ্রাউণ্ডদা ফম থাদোকপদি
থাদোকপা য়াবা মতাং কয়া লৈরবসু;
কি মহাক কি
ঙমদে মপাঙ্গল ফুদোকপা
ফম থাদোকপদা।

# মোইরাংথেম রাজেনগী থোং

লুপা লাখ য়াঙ্খ্রেগী থোংনি
ঠিকাদারনি মোইরাংথেম রাজেন্না
খূৎচাবীনি মহাক এম এল এ মোইরাংথেম রাজেনগী
খল্লি মানা তোংহৌরগে তঙ্খায় অমা
অদুনা চঙহল্লি লুপা লাখ কুনমঙা।

মোইরাংথেম রাজেন মোহোরীনি থোংশাবগী
থৈদোকই বিলামাতি বেগ কয়া
শিন্মী মোইরাংথেম রাজেনগা তান্নরগা
চানহন্দে প্রোপোর্সন নূং লৈঙোইগা
হাপ্লি য়োৎ চাং হন্থনা থোং শাবদা।

মোইরাংথেম রাজেন এস ও নি থোংদুগী
মানসু লৌই মাগী লৌফম থোকপা খরা
লৌবগুম ইঞ্জিনিয়ার মোইরাংথেম রাজেন্না
য়ানৈ মখোয় মশেল হৌবদগী লোইবফাওবা,
য়াওই মদুদা এম এল এ মোইরাংথেম রাজেনসু।

পীখ্রবনি হান্না চাদা চাং খরা
ঠিকা ফংননবা মোইরাংথেম রাজেন্না
মরী লৈনবা অথোরিতি মোইরাংথেম রাজেন্দা
ফংখ্রবনি খরা এম এল এ মোইরাংথেম রাজেনসু
ককই খরা অমুক বিল-ক্লাক্লা বিল পাস তৌবদা।

## মোইরাংথেম রাজেন

লোইহ্রে শাবা মোইরাংথেম রাজেনগী থোং
শঙ্গারগনি থোংদু মীয়াম্না শীজিন্ননবা
ওইহ্রগা থোং শঙ্গাবগী থৌরমদা
র্বাক্সি মিনিস্তর মোইরাংথেম রাজেন্না অথোইবা মীথুং
এম এল এ মোইরাংথেম রাজেন্না থৌরম মপু।

নীংখায়রক্লে থোংদু নমথরক্কুনা তঙ্খায় অমা
শঙ্গাগদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা
হায়নরকই মীয়াম্না ইনরকই পাউচে কয়াদসু
“নীংখায়রে নীংখায়রে নমথরে নমথরে
মোইরাংথেম রাজেনগী থোং।”

# মোইরাংথেম রাজেনগী লাইরিক ফোঙবা

মোইরাংথেম রাজেনগী লাইরিক ফোঙই :

মোইরাংথেম রাজেন্না ৱা ঙাঙই
মোইরাংথেম রাজেনগী লাইরিক্কী মরমদনি,
মোইরাংথেম রাজেনগী খূৎফোঙদোক তাকই
মোইরাংথেম রাজেনগীসি ফজৈ হায়,
মোইরাংথেম রাজেন য়াম্না হরাওই।

মোইরাংথেম রাজেন ইকায় খুম্নজবা মীথুংনি,
মোইরাংথেম রাজেনগীসি তোপ-তোপই উৎলি
মোইরাংথেম রাজেনগুম্বদি অতাঙবনি হায়
মোইরাংথেম রাজেন পুন্সিসনু থৌনিজৈ,
মোইরাংথেম রাজেনগী মায়থোং মকা লাম্মী।

মোইরাংথেম রাজেন অথোইবা মীথুংনি,
মোইরাংথেম রাজেনবু শীংথাদুনা ঙাঙই
মোইরাংথেম রাজেনগুম ইসি হায়
মোইরাংথেম রাজেনবু ৱাংনা থাগৎলি,
মোইরাংথেম রাজেন নোকফেৎ তৌই।

মোইরাংথেম রাজেন থৌরম মপুনি,
মোইরাংথেম রাজেন কনানো তাকই
মোইরাংথেম রাজেনগীসি পাবীয়ু হায়
মোইরাংথেম রাজেন্দা ইবিরকখো হায়,

## মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন নাপন কায়।

মোইরাংথেম রাজেন ভাবোক অমনি,
মোইরাংথেম রাজেন্না ঙাঙবা তায়,
মোইরাংথেম রাজেনগীসি ফজরম্নি খল্লি,
মোইরাংথেম রাজেন্না ময়ূমদা পাই,
মোইরাংথেম রাজেনগীসি "সি ওইরে" হায়।

# দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ

এম এ, পিঐচ দি নি
মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

খণ্ডনরে হৌজিক মহাকপু অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ ।

ইরে মানা মহাক্কী মমিং অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

হংবদা মাগী মিং খুম্মী মানা অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ ।

পামজৈ মীমাঙদা মাবু কৌরকপা অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

নুংঙাইজৈ মীনা মবু হংলকপদা অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ ।

হরাওজৈ মীনা মাবু খণ্ডনবদা অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

মানা ইবা লাইবিক্তা ঙু অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

# মোইরাংথেম রাজেন

ৱারেং শৈরেং ফোঙবদা ই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

মীঙোন্দা পীবা চিঠিদা মখুমদা ই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

মনুংগী চিঠিগী ৱারোলদসু ই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

মীতিংগী অরাকপগী শোই তৌবদসু ই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

মীঙোন্দা লৈফমগী মিং পীবদসু ই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

শোরাৎ বার্তনগী বিনীত্তসু ই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

ময়ূম থিরকপদা হংহন্নীংই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

মমিং শোই তৌবদা ই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

করিনো অমা ইবদা হেক্তা ই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

ভোটর লিষ্টতসু য়াওহন্নীংই অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

ব্নারৌই মীনা ইরক্তবদা অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

লোয়নবীদা খুমহন্নীংই নুপাগী মিং অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

মচাদসু হায়হন্নীংই মপাগী মিং অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

মা শিবগী বার্তনদসু ইরকই মচাশিংনা অসুম্না :
দা. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ।

## মোইরাংথেম রাজেনগী অচম্বা পুন্সি

মীচম্নি মোইরাংথেম রাজেন
চম্না পুন্সি লেঞ্জবা,
খঙবিদে শীংথানবিদে কনানা
চম্মী হায়না মহাকপু
ওইরুবনা অচম্বা মী : মীচম।

মন্ত্রীনি মোইরাংথেম রাজেন
চম্না পুন্সি লেঞ্জবা,
চম্বনিনা মাগী পুন্সি মরেল
খঙনৈ শোন্নে মীয়াম্না
ওইরুবনা শক্লাইরবা মীচম।

রাজেন্না মীচম ওইরিঙৈ
চম্না লেনবা পুন্সি
শরা শন্না শন্দোক্তে
কাঙখুন্দা অদুম লোইশিল্লি
ওইখিদে অচম্বদু শক্লাইবা
ওইখি অচম্বদু অচম্বা।

রাজেন্না মন্ত্রী ওইরকপা
চম্না লেনবা পুন্সি
থীল্লি লৈবাক পৃংজাও
শোন্নে মীয়াম হূপ্না
ওইখিদে পুন্সিদু অচম্বা
ওইখি অচম্বদু শক্লাইবা।

# চীংখোঙ উদবা মোইরাংথেম রাজেন

চীংকারোইনি
মোইরাংথেম রাজেন
চীংদোন য়ৌনা কারবা,
চীংদোন য়ৌনবা কাবদা
তেংবাংখিবনি মহাকপু
চীংখোঙদা লৈবা মীয়াম্না,
চীংদোন য়ৌরে
মোইরাংথেম রাজেন
উরে মহাক্না জাৎ জাৎ
য়েংখিবদা অকোয়বদা
চীংদোন্দগী,
খঞ্জে মহাক্না :
য়ৌরে স্বর্গ
মহে য়াল্লে পোকচমন;
নান্থবা কয়া য়াওখিবনি
চীংগারকপদা মহাক্না,
ইনখৎখিবনি
মীওই কয়ানা মহাকপু
য়ৌদবা য়াদে হায়দুনা
চীংদোন,
য়ৌরবদা চীংদোন
উখিদ্রে মহাক্না চীংখোঙ
মহাক্না কাখৎলকখিবা
চীংখোঙদা য়েংথরক্তবনা,

# মোইরাংথেম রাজেন

উই মহাক্লা হৌজিক
অরাপ্পদা লৈবা
চীং-পাৎ-তুরেল
ফজরবা ফূরা-দলান
ৱাং-চাউরবা বিলদিং
অশং-অমান লৌবুক-লমহাং
য়েংখিবনা মখোয়রোমদা।
চীংকারোই
মোইরাংথেম রাজেন!
অমুক্তদি য়েংথরকউ চীংখোঙ
নহাক্লা কাবা হৌখিবা!

# কল্লক্লদবা মোইরাংথেম রাজেনগী যূম

(১)

মোইরাংথেম রাজেনগী যূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী যূম
শাবনিনা যূমদু মপা-মপুগী লন-থুম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী যূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী যূম
শাবনিনা যূমদু মাগী অশেংবা মরলনা।

মোইরাংথেম রাজেনগী যূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী যূম
শাবনিনা যূমদু মাগী অচৌবা ইনকমগী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী যূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী যূম
শাবনিনা যূমদু মাগী তলবকী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী যূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী যূম
শাবনিনা যূমদু মাগী শূজমনগী হুমাংমন্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী যূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী যূম
শাবনিনা যূমদু মানা মায়পাকপগী শেলফম্না।

# মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু মাগী লোটরীগী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু মাগী লোনগী শেলফম্না।

(২)

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু ঠিকাগী আকাশবিলগী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু ৱানোম শেলগী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু মানা হূরাল্লকপগী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু মীয়ামদগী মৎখিবা শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে

## মোইরাংথেম রাজেন

অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু হূরালকৈথেলগী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু মীয়ামদগী খোমগৎখিবা শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু মীফা-থাদোকমনগী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু শারমচৎনা তানবা শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু অরোন-অথূপ শেলদানগী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু দ্রগ ললোনবগী শেলফম্না।

মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূম ৱাং- চাউই য়াম্না ফজে
অদুবু কল্লক্লদে খ্বাইনা মাগী য়ূম
শাবনিনা য়ূমদু তুক্কচনীংঙাই ওইবনা।

## নচীল শেংউ মোইরাংথেম রাজেন

হায়রকপদো নহাক্না ইবিয়ু ৱারোল অমত্তং
নহাক্কী লাইরিক্কী মরমদা
নুংগী অর্থ করিনো
নচীল শেংউ মোইরাংথেম রাজেন!

হায়রকপদো নহাক্না ঙাঙবীয়ু লাইরিক্কী মরম
নহাক্কী লাইরিক ফোঙবা নুমিৎতা
নুংগী অর্থ করিনো
নচীল শেংউ মোইরাংথেম রাজেন!

হায়রকপদো নহাক্না মশক তাকপিয়ু পাউ-চেদা
নহাক্কী লাইরিক্কী মরমদা
নুংগী অর্থ করিনো
নচীল শেংউ মোইরাংথেম রাজেন!

পাম্লিবদো নহাক্না খঙদবা নত্তে ঐহাক
অদুবু হায়দোক্তে করিগী ঐঙোন্দা
নহাক্না তশেংনা পাম্লিবদু
নচীল শেংউ মোইরাংথেম রাজেন!

"য়াম্না ফখ্রে, য়াম্না হাউখ্রে" খুম্নবা নৎত্রা
থৌবুনা হংবদো উৎসোবতা : "হাবা ইয়া য়াদ্রবরা"
নহাক্কীসু মসি নৎত্রনে
নচীল শেংউ মোইরাংথেম রাজেন!

## মোইরাংথেম রাজেন

পাল্লিবদো হায়রগে মপূংফানা ইরগে
নহাক্কী অপাম্বা ফোঙলগে
মদুগীদমক নৎত্রনে
নুংগী অর্থ করিনো
নচীল শেংউ মোইরাংথেম রাজেন !

# অফবা তৌবা মোইরাংথেম রাজেন

তাকপিরম্মী স্বামী শিবানন্দ সরস্বতীনা :
অফবা ওইয়ু, অফবা তৌ !
মোইরাংথেম রাজেন
অফবা ওইদে অফবা তৌই
অদুনা মানা তৌবা অফবা
অফবা ওইদে,
খোইচাক শীজিন্নে মহাক্না
পীজৈ ঙাবু মচীঞ্জাক
অফবা তৌই ঙাগীদমক
খোইদা লেংদুনা ফানবা,

ভোৎ লেপ্পমদাই চোংথোরকই
মোইরাংথেম রাজেন
সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইনা
শেম্মী লৈকাই লৈকাইগী লম্বী থোং
নূং থাই লৈকাই লৈকাইগী লৈরক,
শোরাৎকীদমক দান তৌই শেন্থং
লাইরবা ইমুংগী মী শিবদা,
তত্তনা চৎলি মীগী শোরাৎ, লুহোংবা
শেল থায় পালাদা
পোৎয়েং পী য়াম্না চাউনা,
শেলগী মতেং পাংই
নুপাগী নুপীগী অহল্লোনগী নহারোলগী লূপশিংদা,
পুখৎলি অনাবশিং

## মোইরাংথেম রাজেন

মাগী গাড়িদা হোস্পিটালদা লেম্না
অফবা তৌই মোইরাংথেম রাজেন
খোইচাক থাকই ভোটরশিং ফানবা,

পোৎয়েং পী চাউনা চাউনা
মীগী শোরাৎতা লুহোংবদা
মোইরাংথেম রাজেন
অফবা তৌই অসুম্না মীগীদা
অমুক হল্লক্নবা ফজনা মাগীদা,

মোইরাংথেম রাজেন তেংবাংই
লৈত-লাইরা অৱা-অনা কয়াদা
পুথোকই শেল
পুররবদা লৈতবশিংনা
শেন্দোয় চাউনা চাউনা লৌরগা।

এম এল এনি মন্ত্রীনি মোইরাংথেম রাজেন
থবক হাপ্পী মাগী কেন্দ্রগী মীদদা,
অতৈ কেন্দ্রদগীসু থবক হাপ্পী করিগুম্বদা
শেল চাউনা চাউনা লৌরগা,

ঠিকাদারনি মোইরাংথেম রাজেন
শেম্মী লম্বী-থোং মীয়ামগীদমক
অসুম্না তৌই অফবা থবক,
হোৎনৈ অদুগা তঙ্খায় অমা তোংনবা।

# ঐদি ঐনি হায়জবা মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন্না হায় :
ঐদি ঐনি
অঙৌচৌবগী মশূনি
ইবোতোম্বগী মচানি
মেমগী মপুরোইবনি
ভোগেন্দ্রগী মপাবুংনি
বিকাশনন্দগী মপুনি।
মহাক মবুধৌনি, মপুবোক্নি, মপলনি, মপানি
মখুরানি, মাম্মনি, ময়াম্বনি, মরূপনি, মনাওনি
মবাইনি, মশেন্নি, মপুরোইবনি, মতৈনি, মবুংনি
তোঙান-তোঙানবা মীদা
তোঙান-তোঙানবা মিংগৌনি।
ওইবনি মহাক অমদনা মপুবোক, অমদনা মপাবুং
অমদনা অমা অমদনা  অতোপ্পা অমা
অদুবু
মোইরাংথেম রাজেন্না হায় :
ঐদি অমত্তনি অনী শুদে
ঐ রাজেন্নি।
খঙ্জে অমুকসু :
ঐবু রাজেনরনে
মানি মানি ঐ রাজেন্নি, মোইরাংথেম রাজেন্নি
ঐগী মিং রাজেন কৌবনা, ঐগী শাগৈ মোইরাংথেম ওইবনা।
কৌরম্লবদি ঐগী মিং বীরেন
ওইরমলোই ঐ রাজেন

ওইরমগনি ঐ বীরেন
অদুনদি ঐ কনানো ?
ঐ মপুসু নত্তে, মপাবুংসু নত্তে, অতৈসু নত্তে
রাজেনসু নত্তে বীরেনসু নত্তে
ঐদি “ঐ” নি
“ঐ” হায়বা আত্মাদুনি
পারমাত্মাগী শরুক অমনি।

# মোইরাংথেম রাজেন্না ভাব তারকপা

মওং অমদা লৈরম্মী মতম অমদা
মোইরাংথেম রাজেন
ভাব ইতা তাদনা
য়াম্না ৱাংলবা ভাবতা
পাক হেক তাবা ঙমদনা।

মানা ভাব তাদ্রিবৈঙে
য়াম্না ৱাংলম্মী মাগী থাক
অমা তৌরে রাজেন, অমা হায়রে রাজেন
শোন্নৈ ঙাঙনৈ হায়নৈ মীনা রাজেন-রাজেন্দা
থম্মী মাবু মীয়াম্না অৱাংবা থাক্তা ইকায়খুম্ননা।

য়েংথরক্কই মহাক্না অৱাংবদগী
মানা ভাব হেক তাবগা
উই করিনো মওং জাৎ জাৎ
- হান্না মমাঙদা উরমদবা
- মতম অমদা খঙলমদবা।

ৱাংনা লৈরম্মী মাগী ভাব
মানা ভাব তাদ্রিবৈঙে,
মানা ভাব তারকপদা
থাক নেম্লে মাগী ভাব।

উরে হৌজিক মহাক্না হন্না য়েংলকপদা

তুলসীনা সনা খোংনাং ওল্লম্বা
হৌদোংনা শামু ওল্লম্বা
লৈপলনা হিমালয় ওইরম্বা
শ্রীসিংহগী ফনেক অফোৎপা শেৎলম্বী নুপীনা মহারাণী
শ্রীলগী নোংয়ুবা শেগায়রবা য়ূম্না ৱাং চাউরবা বিল্ডিং
খোঙতনা চৎলম্বা শ্রীযুক্তনা মারুতি কার
চনুদেবীগী মচানা দাক্তর
দেবীসনাগী মচানা ইঞ্জিনিয়ার
অরুপ্পতা শিরম্বা শ্রীমানগী নুপীসু সনানা পূমঙাঙ
পিক্লম্বা কয়া লোইনা চাউরম্বা
কনা-কনানোনা কৈনো-কৈনো ওইরম্বা
ওফিসতা মথৌ নিংথীনা তৌদবমখৈ লোইনা ইনাকখুল্লম্বা;
মানা ওফিস কারিঙৈ
মথৌ নিংথীনা তৌরিঙৈ
মীয়ামগী পেন্নবা হোৎনরিঙৈ
পূক্চেন শেংনা লৈরিঙৈ।

মীগীদি অহোংবা কয়া লাক্লবসু
রাজেনগী য়ূমগী ফিবমদি
মহৌশাগী মহৌশা :
হামু হামু রাধাই রাধা
হোইগী হোই, হোই হোই
রাজেনগী রাজেন, রাজেন রাজেন
রাজেনগী য়ূম্বান : মহৌশাগী য়ূম্বান

ওইখিবনি অওনবশিং মীগী

থোকখিবনি অহোংবশিং খ্বাইগী
রাজেন্না ভাব তাদ্রিঙৈ
মাগী ভাব ৱাংলিঙৈ।

উবনি অওনবা মানা ভাব তারকপদা
অৱাংবদগী য়েংথরকপদা।

খঙলকই লাইরবগী মরম মহাক্না
ভাব হেক তারকপদা
ওলনীংলে মাসু হৌজিক্তি জাৎ জাৎ
ভাব হেক তারকপগা।

ওল্লম্বা য়াবনি মাসু হান্না
ভাব তারম্লবদি মতম চানা মাঙজৌননা,
হৌজিক্তনি মানা ভাব তারকপা।

ভাব হেক তাবগা
ৱাংখৎলি মহাক্কী য়ূম
হেনগৎলি মহাক্কী লল থুম
কাখৎলি ৱাংনা মাগী নাপল
ঙাঙলকই ৱাঙাঙ কমজাও হুন্না
থূপ্লক্তে মমীৎতা মী থাকপদা
খঙলকই ফজনা মখল মখলগী নাম :
- লৌজনাম পুজনাম ওইজনাম
দান তৌগে খল্লম্বা শেল
ওইরকই হৌদোক-শেল পুথোক-শেল

## মোইরাংথেম রাজেন

শেন্দোং তান্নবা শেন্দোয় ফংনবা,
মীনুংশি চাউরম্বা রাজেন ওইরকই মীওৎপা
পীথোকপা পাল্লক্কে লৌশিনবা পাল্লকই
তিনশিনবা হৈরকই খাইদোকপা কাউরকই
খঙলকই লৌশিনবদা ফৈ হায়বা
হৈরকই শেল চাবা চোপ চোপ,
য়েৎনা ফং য়েৎনা লৌ, ওইনা ফং ওইনা লৌ
মমাঙ থোঙদৈসূ মরৌবা, মনীং থোঙদৈসু মতানবা।
বদমাশ তারবা রাজেন
চায় শেল পঙচাদা করিমত্তা মাথোকপা তৌদনা
চায় মমৈদা বদনাম ফাওবা।

ভাব তাবগা লোয়ননা
থাক ৱাংলম্বা রাজেন্না
তেকথহল্লি লোয়নবীগী মনা সনানা
হূকচিলহল্লি মঙকশম সনানা পূমঙাঙ ঙাঙনা
উবদা লোয়নবীগী শকফম
মকা লামজৈ রাজেনগী থম্মোয়
খল্লি মহাক : পঙলম্মীদা নহালমখৈ
ভাব তারকইদা হৌজিক্তা।

ঙাঙলকই মাগী লোয়নবী ৱাঙাঙ জাৎ জাৎ :
- লীক মওং চৎনৈ চৎনদে
- লৈ খূৎশা ফজৈ ফজদে।

শক্তা নুংশিদ্রে মীয়াম্না রাজেন অমসুং লোয়নবী

## মোইরাংথেম রাজেন

চঙনদ্রে লৈকায়গা কৌনদ্রে মরী মতাগা
মূকখায়নরে শাগৈগা কায়নরক্লে মরূপ-মপাংগা
ঙাঙনরে থীনা মীনা মখোয়বু
নেম্লে হৌজিক মহাক্কী থাক মহাক্কী ভাব।

হে ভাব ! তাবিগনু নহাক
ভাব নহাক্লা হেক তাবদা
করি থোকএ মোইরাংথেম রাজেন ?

# মোইরাংথেম রাজেনগী য়ুমদা বসন্ত

নাকেন থাগী চৈথেং ফংলবা
মরু কোক্লবা উপাল-ৱাপালনা
হৱাও-মোমোন নোকচরি
য়েন্নীং থানা লাকপসিদা,
নিংথম উলেনগী চৈফূদা
চৈনা ফংলবা উমং-ৱামং
হৱাওজরি মনীং তল্লে অমুক
য়েন্নীং থানা লাকপসিদা,
পূক্রিং মকা লামজরি তাইবঙ পূম্বা
হেদো হেরাউ কাদুনা,
অদুবু মিহুন চেনগুম-চেনগানৈ
মরায়বক থীরবা লাইররবা
মোইরাংথেম রাজেন
বসন্ত লাক্লনি খনবদা
য়েন্নীং থানা লাকপসিদা,
মচা লুহোংবগী লুপা লীশীং য়াঙ্খ্রে অমা
মপা লায়েংবগী লুপা লীশীং য়াঙ্খ্রে অমা
শেন্দোয়না থাদা চাদা মঙা
শন্দোয় শেল্লেপ্পা পূন্না লাক্কি অমা মখায়
হায়নখিবনি শিংগনি
মার্চ থাগী মনুংদা
য়েন্নীং থানা লাকপসিদা,
হুল্লে য়েন্নীং বসন্তগী থম্মোয়
শেল ফংলনি ৱাখলদা

নংত্রগা ফংলনি ইংখোল য়ূমগা কোন্ননা
মোইরাংথেম রাজেন্দগী
হায়নখিবা মতুংইন
য়েন্নীং থানা লাকপসিদা,
য়ৌরক্লে মার্চকী অরোইবা নুমিৎ
লাক্লে বসন্ত হায়নখিবা মতুংইন
মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূমদা;
চঙলক্লে বসন্ত রাজেনগী থোঙ্গান্দা
য়েন্নীংগী য়েন্নীং ঙাক্তনি
রাজেনগী থোঙ্গান্দু ইংখোলদু
বসন্তগী মফমদদি;
অদুবু বসন্তগী বসন্ত ঙাক্তনি
রাজেনগী মফমদদি,
উখ্রে য়েন্নীং পূম্বা বসন্ত ওইনা
উপালদা য়েংলে বসন্ত
হৈপালদা য়েংলে বসন্ত
বসন্তগী বসন্ত ঙাক্তা,
লোয়নরকই বসন্তদি য়েন্নীংগা লোয়ননা
উখি মাদি য়েংখি য়েংখিবদা
য়েন্নীংগী য়েন্নীং ঙাক্তা
রাজেনগী য়ূমদা চঙলকপদা :-
শেল্লেপকী য়েন্নীং
শেন্দোয়গী য়েন্নীং
লৌ ইংখোলগী য়েন্নীং;
শ্বাই লাউই কোকচাউবী কায়
মোইরাংথেম রাজেন

# মোইরাংথেম রাজেন

বসন্ত চঙলকপা উবদা,
শূমাঙদা লেপ্পী বসন্ত
থম্মোয়দা য়েন্নীংগা লোয়ননা
কাখৎলি মাঙ্গোন্দা ফম্মী মোরাদা
মাথা শাই মোইরাংথেম রাজেন
খনখি পূমথন থল্লবোই
মাগী মাঙ্গোল বসন্তনা :-
উখোংদা য়েংই বসন্ত
[illegible]দা য়েংই বসন্ত
[illegible] য়েংই বসন্ত
[illegible]সন্তগী [illegible]সন্ত ঙাক্তা,
ওইরে ওলাংথা য়েন্নীংথাসি রাজেন্দা
ওইরে অ[illegible]শিং-অব্রাম্বা য়েন্নীংথাসি রাজেন্দা
ওইরে [illegible]কেম্বা য়েন্নীংথাসি রাজেন্দা
ওইরে [illegible]ংথমথা য়েন্নীংথাসি রাজেন্দা
[illegible] রাজেনগী থম্মোয়গী য়েন্নীং
[illegible]ক্রবদা বসন্তনা মাগী ময়ূমদা
[illegible]নব্রে [illegible]োংবা ময়োন রাজেনগী থম্মোয়
চঙলক[illegible] বসন্তনা মাগী ময়ূমদা,
[illegible] য়েন্নীং রাজেনগী
লাকপদা বসন্তনা মাগী য়ূম[illegible]
লাকপনি বসন্তদি মাগী য়েন্নীংগা লোয়ননা
মোইরাংথেম রাজেনগী য়ূমদা,
শেলথোক ৱাৎলবা রাজেন
খূৎ তৎলবা রাজেন
খঙই বসন্তনা লাকপগী মরম

## মোইরাংথেম রাজেন

তূমীন্না চঙখি ইমুংদা
অদুগা থোরকই ইংখোলগী পাট্টা পায়দুনা
শিন্নে পাট্টাদু বসন্তদা
নামজারি তৌনবা মাগী যূম-ইংখোল,
উবদা রাজেনগী মতৌ
থম্মোয় পেংখি বসন্ত
ফাওরকই থৌজালগী ঈরিক
চোংলকই মীনুংশিগী য়েন্নীং
খনখি কোকপিরগে শেন্দোয়,
হেন্না ফজখি বসন্তগী য়েন্নীং
ওল্লকই মাগী লৌনীংবগী য়েন্নীংদু
মীনুংশিগী য়েন্নীং কখোকপগী য়েন্নীং,
কোকপিরগে হায়রকই শেন্দোয়দি
মখা তাই মরেপ্তি মাঙহনগনু
শিংউ ঙম্বা কান্দা,
ফংবদা বসন্তগী থৌজাল
ঙায়খি য়েন্নীংগী য়েন্নীং ঙাক্তা
রাজেনগী থম্মোয়দা বসন্তগী থম্মোয়দা
তাইবঙ পূম্বগী থম্মোয়দা
উপাল-নাপাল খূদিংদা
য়েন্নীং থানা লাকপসিদা
মোইরাংথেম রাজেনগী ময়ূমদা
বসন্তনা থুংলরবদা
য়েন্নীং থানা লাকপসিদা।

# মোইরাংথেম রাজেন্না উবা - ১

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কদায় কদায়দা কনা কনাগী
গাড়ী সো লোলদে হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কদায় কদায়দা কনা কনাগী
পোং-চৈ চিথহৌই হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কদায় কদায়দা কনা কনাদগী
শেল কোংফম লৈ হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কদায় কদায়দা কনা কনাগী
করি করি শিদ্র লৈ হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কদায় কদায়দা কনা কনাগী
করি করি য়েংফম লৈ হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কদায় কদায়দা কনা কনাগী
করি করি য়োল্লি হায়বা।

# মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
ঈশিং মনুংদা ঙানপ্লা
করি করি তৌরি হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কদায় কদায়দা করি করিদা
কনা কনাবু মরাল শীজিগে হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
করম করম্বা মীশক্লা করি করিদা
মীতেক মীরৌ করম তৌরি হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
মসিগা মসিগা খংনহল্লগা
মসি মসি কান্নগনি হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
ওইদবা ওংডুনা মীবু থাজহনবা ঙম্লবদি
শোয়জনা ভোৎ কাগনি হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
ভোটর কয়াদি শেলদা চৎলি
শেল য়েল্লগা ভোৎ কাগনি হায়বা।

# মোইরাংথেম রাজেন্না উবা- ২

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
তুংদা করি থোক্লগনি হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কনাগুম্বদগী করি লৌখৎফম লৈ হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কনাবু করম্না কনখৎসিগে হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
সি তৌরগা ফনি সি তৌরগা ফরোই হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
কনা কনাগী করি করি অৱাবা লৈ হায়বা।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
রাধা-কৃষ্ণগী নুংগী ফজবা ভাব।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
থৌদোক কয়াগী হৌরকফম মরু।

মোইরাংথেম রাজেন্না উই
অফবা শাশন্নবশিংগী মনুংগী মরৌ।

# মোইরাংথেম রাজেন অফবা মীনি

খোইচাক থাকই ঙাদা পীজৈ
ঙানা খল্লি :-
মোইরাংথেম রাজেন অফবা মীনি।

শেল য়েল্লি ভোৎ খোন্মী
ভোটরনা খল্লি :-
মোইরাংথেম রাজেন অফবা মীনি।

থোং শাই লম্বী শেন্মী ভোৎ মমাঙদা
মীয়াম্না খল্লি :-
মোইরাংথেম রাজেন অফবা মীনি।

মীবু থাজহল্লি শেরান্ননা লমজিংই
খ্বাইনা খল্লি :-
মোইরাংথেম রাজেন অফবা মীনি।

শেন্দোং তাল্লি. অফবা মালহল্লি
মীয়াম্না হায় :-
মোইরাংথেম রাজেন অফবা মীনি।

রাজেনগী লাং মীয়াম্না খঙনদে
অদুনা হায় :-
মোইরাংথেম রাজেন অফবা মীনি।

# হৈই য়াবনি মোইরাংথেম রাজেন্দদি

শরক কোলাস থাববু
বাইরম তৈবদোম্না তৌরিঙা
রাজেনগী কোলাস খুংথাহনবা
য়াফম থোক্লগা ?
হৈই য়াবনি মোইরাংথেম রাজেন্দদি
মাদি অদুগী মীনি।

চহী নিফুদা [illegible]
ওন্ড এজ [illegible]
নিয়মগী [illegible]
য়াফম থোকপা [illegible]
হৈই য়াবনি মোইরাংথেম রাজেন্দদি
মাদি অদুগী মীনি।

ইনাকখুনবা রাজেনা
বি পি এজ কার্দ পাম্মুনা
হোঙনা পৌংচে ফংলিক্লিবু
য়াফম থোকত্রা ?
হৈই য়াবনি মোইরাংথেম রাজেন্দদি
মাদি অদুগী মীনি।

ময়ূম ঈশিং থৃমদবা রাজেন্না
ঈচাউগীদমক থাদরক্লিবা
চেঙ চিনি লেম্না ফংলিবসিবু

## মোইরাংথেম রাজেন

য়াফম থোকপ্রা ?
হৈই য়াবনি মোইরাংথেম রাজেন্দদি,
মাদি অদুগী মীনি।

লৌ শূকউ উদবা রাজেন্না
হুন্ননবা ফৌদি মরু-মরাংনচিংবা
মরাং কায়না ফংলিবসিবু
য়াফম থোকপ্রা ?
হৈই য়াবনি মোইরাংথেম রাজেন্দদি,
মাদি অদুগী মীনি।

মীগী মহূৎ শিন্দুনা
প্রোক্সিদা ভোৎ থাদরিবসে রাজেন্না
ভোৎকী চৎনবী মতুংইন্না
য়াফম থোকপ্রা ?
হৈই য়াবনি মোইরাংথেম রাজেন্দদি,
মাদি অদুগী মীনি।

গাড়ী থিংলিবা মফমদা
গাড়ী থৌজিল্লিবসে রাজেন্না
আইনগী মতুংইন্না
য়াফম থোকপ্রা ?
হৈই য়াবনি মোইরাংথেম রাজেন্দদি,
মাদি অদুগী মীনি।

# মোইরাংথেম রাজেনগী ৱারোল-ৱাঙাঙ

মোইরাংথেম রাজেন্না মীচম ওইরিঙৈ
মনা-মথুম ফংদ্রিঙৈ
মচীন-মৱা চৎত্রিঙৈ
অফাওবা মীশক ওইদ্রিঙৈ
মতিং লৈবা ৱারোল ইজরবসু
অর্থ চেনবা ৱাঙাঙ ঙাঙজরবসু
মাগী ৱারোল ৱাঙাঙশিং
মতিং লৈবনি হায়নদে
অর্থ চেনবনি শীংথাদে।

মোইরাংথেম রাজেন্না শক্লাইবা ওইরক্লবদা
মনা মথুম কয়া ফংলক্লবদা
মচীন মৱা চৎলক্লবদা
অফাওবা মীশক ওইরক্লবদা
মানা ইরকপা ৱারোল কয়া
মানা ঙাঙলকপা ৱাঙাঙ কয়া
হান্নগীগা চপ মান্নরবসু
মতিং লৈবনি হায়নরকই
অর্থ চেনবনি ঙাঙনরকই।

*মোইরাংথেম রাজেন*

## মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন
মপু-মবেনগীনা মশুনি
মমা-মপাগীনা মচানি
ময়াম্বগীনা মনাওনি
মনাওগীনা ময়াম্বনি
মচেগীনা মৌপানি
মচলগীনা মবুংনি
লোয়নবীগীনা মপুরোইবনি
মবাইগীনা মশেন্নি
মশেনগীনা মবাইনি
মকুবোক্কীনা মমাক্নি
মনেম্বোক্কীনা ময়ানি
মচাগীনা মপানি
মশৃগীনা মপুনি
মনাওগী মচাগীনা মপন্নি
ময়াম্বগী মচাগীনা মখুরানি
মমাক্কীনা মকুনি
মচে মচলগী মচাগীনা মামানি
মমৌগীনা মকুনি
মনাওনুপীগীনা-মতৈনি
ওজাগীনা সেবক্নি
ছাত্রগীনা ওজানি
মরূপকীনা মতাওনি
মীশক্তি অমত্তনি

## মোইরাংথেম রাজেন

মিংগৌনা তোঙানবনি,

মোইরাংথেম রাজেন
ঙা ফাদুনা হিংলগনা ঙামীনি
লৌউদুনা হিংলগনা লৌমীনি
থৌশূদুনা হিংলগনা থৌমীনি
শিল্লংদুনা হিংলগনা শিন্মীনি
পাউগী থবক্তনা পাউমীনি
লানগী ওইরগনা লান্মীনি,

মোইরাংথেম রাজেন
দুকান ফম্লগনা দুকান্দারনি
ঠিকা তৌরগনা ঠিকাদারনি
পোৎ-চৈ শঙলগনা চৌকিদারনি
বাজনীতি তৌরগনা রাজনীতিৱালানি
কারবার তৌরগনা কারবারৱালানি
শনগাড়ী থৌরগনা গাডীৱালানি,
মহৈ তম্লগনা মহৈবোইনি
শান্নবা য়াওরগনা শান্নরোইনি
লমজেন চেল্লগনা লমজেল্লোইনি
চীং কারগনা চীংগারোইনি
কাঙজৈ শান্নরগনা কাঙজৈরোইনি
হিহোলবা ওইরগনা হিরোইনি
পার্টিগী ৱাঙাঙলোয়না ৱাঙাঙলোইনি,

মোইরাংথেম রাজেন

## মোইরাংথেম রাজেন

মীশক্তি অমত্তনি
শিল তোঙানবদগী
শিলগী মতুংইন্না
তোঙানবা মিংগৌ ফংজবনি,
তোঙানবা মিংগৌ ফংজরবসু
ওইরি মীশক্তি অমত্তা
ওইরি হকচাংদি অমত্তা
ওইরি আত্মাদি অমত্তা,
হায়রিবা আত্মা অসিদি
তোঙানবনি
মোইরাংথেম রাজেনগী হকচাংদগী,
আত্মানা অমনি
রাজেনগী হকচাংনা অমনি
আত্মাগা মাগী হকচাংগা কায়নদ্রিঙৈ
ওইরম্বনি মহাক থরায় পানবা জীবা
মোইরাংথেম রাজেন।

# ভোটর মোইরাংথেম রাজেনগী মমল

ভোটরনি মোইরাংথেম রাজেন
মশাগী অশেংবা মচু লৈজদবা
ফিরেপ করিনো হায়বা লৈতবা
মীশক্লি মহাক শেলনা লৈবা য়াবা।

হায়নৈ মীনা মহাকপু :-
মশাগী মমল লৈজদবা
য়াউনি মাউনি খঙদবা
ভোটর মোইরাংথেম রাজেন।

চাউথোকচৈ রাজেন মশানদি
মশাবু মমল য়াম্মী হায়না
মানা ফংবা ভোৎকী শেল মতুংইন্না
খঞ্জে মহাক অশিংবনি হায়না।

মীশক্লি মহাক ভোৎ য়োনবা
মীরেপশিংনা তান্নে মাবু লৈনবা
লৌই অমদগীসু অমদগীসু মহাক্লা
য়ৌরকই মাগী মমল লুপা লীশিং অমা।

# মমল য়াম্বা ভোটর মোইরাংথেম রাজেন

গ্রাম পঞ্চায়েটকী মীখলনি
জিল্লা পরিষদকী মীরেপ অহুমনি
প্রধানগী মীরেপ অনীনি
ৱার্দ মেম্বরগী মীরেপ অহুমনি
পূন্না মীরেপ নিপালনি
মোইরাংথেম রাজেনগী ৱার্দতা।

ভোটর তরুক লৈ
অরেপ্পা মচু লৈতবা
ভোৎ য়োনগে খঞ্জবা
মীরেপ্পা লৈগে তান্নবা
মোইরাংথেম রাজেনগী ইমুংদা,
য়েল্লি শেল মীরেপ খূদিংনা
য়ৌরকই ভোটর অমদা লুপা লীশিং অমা
ফংই ভোটর অমমমনা লুপা লীশিং নিপাল নিপাল
ভোটর তরুক্কা লুপা লীশিং নিফুনিপাল
মোইরাংথেম রাজেনগী ইমুংদা
মমল য়াম্মী ভোটর মোইরাংথেম রাজেন
য়ামজরবসু লৈগে তান্নে
হেক্তা শীৎলি য়োনবদা।

# য়োনবা শীংতবা ভোটর মোইরাংথেম রাজেন

গ্রাম পঞ্চায়েটকী মীখলনি
জিল্লা পরিষদকী মীরেপ অহুমনি
ৱার্দ মেম্বরগী মীরেপ অহুমনি
পূন্না মীরেপ নিপালনি
মোইরাংথেম রাজেনগী ৱার্দতা।

ভোর্টর তরুক লৈ
অরেপ্পা ফিরেপ হোংদবা
মশাগী মচু লৈজবা
ভোং য়োনগে খন্দবা
মীরেপ্পা লৈগে তান্নদবা
মোইরাংথেম রাজেনগী ইমুংদা,
য়োনগে খন্দে, য়োনবদসু শীংতে
মখোয় ভোটর তরুকমক,
হেক্তা খঙই মীরেপশিং অদুনা
মখোয় তরুক কনাগীনো হায়বা
অদুনা য়োনবা শীংতে তরুকমক,
লৌদে শেল করিমত্তা
মখোয়না থাদগদবা মীরেপ্পুগীসু,
মমল হোঙই লোইনমক
হোঙলবসু লৈগে তান্নদে
ভোটরদা লুপা লীশিং য়ৌরকালসিদা।

# কলচরদা খীরবা মোইরাংথেম রাজেন

মন্ত্রীনি মোইরাংথেম রাজেন
আর্ট এন্দ কলচরগী,
পামজৈ মহাক্না য়োকখৎপা
ঐখোয়গী ফজরবা কলচর
অদুবু ওই মহাক য়াউশঙ মনুংদদি চহী খূদিং :-
আউট ওব ষ্টেসন,
করিগুম্বদনা চৎলি দিল্লিদা
করিগুম্বদনা চৎলি লন্দন্দা
করিগুম্বদনা চৎলি নিউয়োর্কিতা
অখন্নবা প্রোগ্রাম শেমদুনা
খীবদগী হোলি পার্টি
মচীদা ময়াম অমা লাকপা,
নাথৈবনি মহাক মণিপুরগী ব্রাংমদা
লাক্কনি খনবদা ময়ূমদা হোলি
নোংমা কাংদনা য়াউশঙ মনুংদা
নোংমদা দল তরাদগী তাদনা
করিগুম্বদনা কুন য়ৌনা
কলচরসিবু য়োকখৎনীংবসু য়োকখৎনীংদবসু।

# লৈবাক মাঙনবা মোইরাংথেম রাজেন

(১)

শ্রীবীরেন সিংহ লাইরিক হৈতে
শ্রীবীরেন সিংহ তলব চাদে
শ্রীবীরেন সিংহ শেলথোক লৈতে
শ্রীবীরেন সিংহ য়াম্না লাইরৈ
শ্রীবীরেন সিংহ ঙানু-য়েন হূরাল্লি
শ্রীবীরেন সিংহ আলু-কোবী হূরাল্লি
মীশক্লি মহাক লৈকায় মাঙনবা।

মোইরাংথেম রাজেন লাইরিক হৈ
মোইরাংথেম রাজেন তলব চাই
মোইরাংথেম রাজেন ফমজাউ পায়
মোইরাংথেম রাজেন লৈবাক ঙাকই
মোইরাংথেম রাজেন লৈবাক্লা শকখঙই
মোইরাংথেম রাজেন শেলথোক লৈ
মোইরাংথেম রাজেন শেল হাইহৎলি
মীশক্লি মহাক লৈবাক মাঙনবা।

(২)

শ্রীবীরেন সিংহ ওফিসকী পিওননি
হৈনবীনি মহাক্কী
হৈনথোকপা ওফিসকী পোৎচৈ-চৈকুপ, অতেক-অকায়
মীশক্লি মহাক ওফিস মাঙনবা।

## মোইরাংথেম রাজেন

মোইরাংথেম রাজেন ওফিসারনি
হৈনবীনি মহাক্কী
হৈনথোকপা মীয়ামগী লন-থুম, কাইথরকপা শেলফম
মীশক্নি মহাক লৈবাক মাঙনবা।

## তলব চাবীগী ৱাঙাঙ তাবদা মোইরাংথেম রাজেন

ওফিস কারকই অয়ুক পূং তরামাথোই মখায়দা
ওফিসতা থবক তৌবী তলব চাবী অমা
মাগী হৈনবী ওইনা মহৌশাগী মহৌশা
অদুগা ঙাঙই চবেঙ-চবেঙ :
- ঙন্না লাক্কে তৌবনি
অদুবু হেক নংদে
চাক থোংলিঙৈ, অঙাং স্কুল চৎনবা হোৎনরিঙৈ
য়ূমগী কুপনোম নোমলিঙৈ
গাড়ী ঙাইথোক-ঙাইশিন তৌরিঙৈ।
তাবদা তলব চাবীদুগী ৱাঙাঙ
খল্লি মোইরাংথেম রাজেন্না অসুম্না :
- সরকারগী থবক তৌদবী
তলব চাদবী পোৎয়োনবী
অথাপ্পা খুঙ্গংদা লৈজবী ঙায়োনবী
ইন্সাং মনা মশীং য়োঞ্জবী
অদুগুম্বী ললোনবীশিংদি
করম্না অরাপ্পা ইম্ফাল য়ৌরিবা
অয়ুক পূং তরুক মখায়দা।

# মোইরাংথেম রাজেন্না চৈরাক পীগনি লাউথোকপদা

শেঞ্জাব ওফিসার ফাগনি
মতীক চাবা চৈরাক পীগনি
লাউথোকই মন্ত্রী মোইরাংথেম রাজেন্না,
হায়রকই ওফিসার শ্রীবীরেন সিংহনা :-
ইরাইবক্তুম ফবনি
ফাবীরবদি করিগুম্বা ঐহাকপু
শেঞ্জাদবা পুলিস থারক্তুনা
পীবীরবদি মতীকচাবা চৈরাক
শেঞ্জাদবা মন্ত্রীনা শীন্দুনা।

# নিয়মগী মতুংইনবা মোইরাংথেম রাজেন

লৌ লৈনীংবা গাড়ী লৈনীংবা
মোইরাংথেম রাজেন
লৌথোকই শেল মাগী জি পি এফতগী
করি করিগুম্বদা
হাপ্পুনা মাগী এপ্লিকেসনদা
শাশিন্নবা মচা লুহোংবগী বার্তন
করি করিগুম্বদনা
শের্মজিনবা মচাগী চুড়াকরণগী বার্তন
এপ্লিকেসন্দা বার্তন হাপ্পা
য়াই আইন্না
য়ারবনিনা আইন্না
ওইবনি মহাক মশামক
নিয়মগী মতুংইনবা মোইরাংথেম রাজেন।

# মোইরাংথেম রাজেনগী লন-থুম

এম এল এনি
মোইরাংথেম রাজেন
ওইরে মন্ত্রী লৈবাক্কী
য়ৌরক্লে মথংগী মীখল
ওইরে মীরেপ অমুক হন্না মাগী কেন্দ্রদা
লাউথোকপা তারকই মাগী লন-থুম
মতম চঙনা চেকশিন্না খোংলগা লাউথোকই
ক্রোরপতি রাজেন্না মাগী লন-থুম
মশাগী মিংদা লৌ-ইংখোল নিল
মশাগী মিংদা দুকান নিল
লীককোন্দা লোয়নবীগী সনা মোহর অহুম
মশাগী মোহর অমগী খূদোপ
মপাবুংগী মিংদা ইংখোল শঙম অমা
লৌনা মপাগী মিংদা পরী অনী
খূৎতা লুপা লাখ অমা
বেঙ্ক একাউন্টতা 'লাখ অনী
পূন্না শেলগী ভেল্যুদা লুপা লাখ কুন
অতৈনা অশেংবা খঙনদ্রবসু
খঙই রাজেন মশানদি মাগী লনথুম কয়ানো হায়বদু।

# য়েক্লবা মাঙনবা হোৎনবা মোইরাংথেম রাজেন

খুরৌ চেল্লি পুন্সি লম্বী
য়েক্লবা লৈরবদি
অদুনা থম্মীংদে য়েক্লবা শ্রীবীরেন সিংহনা
হোৎনৈ মহাক্লা লোইশিন্নবা য়েক্লবা
থম্মোয় থম্মোয় নুংশিনদুনা অমগা অমগা
থম্মোয় পেৎখি য়েক্লবশিং
মরু ফংনা মাঙখি মাগী য়েক্লবশিং।

খুরৌ চেল্লি পুন্সি লম্বী
য়েক্লবা লৈরবদি
অদুনা থম্মীংদে য়েক্লবা মোইরাংথেম রাজেন্না
হোৎনৈ মহাক্লা লোইশিন্নবা য়েক্লবা
মরু ফংনা মাঙহল্লগা,
য়েক্লববু মাঙহন্নবা হোৎনবদা
হোৎনৈ মখল মখলগী হিংসা
থম্মোয় শোকখি য়েক্লবশিং
মশীং হেনখি মাগী য়েক্লবশিং।

# মোইরাংথেম রাজেনগী সঙ্গ

য়াম্না পাক-চাউই
মোইরাংথেম রাজেনগী সঙ্গ
ঠিকাদার ওফিসার দুকানদার
দাক্তর, ইঞ্জিনিয়র
মন্ত্রী, এম এল এ
মনুংগী মপালগী অফাওবশিং
সঙ্গ ঙাক্তনি মহাক্কী,
তত্তনা উনৈ তোয়না ফম্মীন্নৈ
ফোংনা খন্নৈ লোন্না তান্নৈ
জাৎ জাৎনি খন্নবা নৈনবা :
লম্বী-থোংগী, থবক হাপ্পগী, চাউখৎ থৌরাংগী
লোয়ননা শেলথোক্কী শেন্দানগী
খন্নরিবা নৈনবিবা ঙাঙনরিবশিংদা
য়াওদে করিমত্তা আধ্যাত্মিক্কী ৱা
নত্তে মাগী সঙ্গদি সৎসঙ্গ।

# শান্তি পাম্মী হায়বা মোইরাংথেম রাজেন

প্রাইম মিনিষ্টরনি
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহ
মাগী লৈবাক্কী
য়াম্না খূৎকন-পাঙ্গনবা ইনাকখুনবা
মালেম পূম্বনা থক-থক নীকপা
লৈবাক কয়ানা মাগী লৈবাক্কী থৌজালদা হিংবা।
হায় মহাক্না :-
- শান্তি পাম্মী ঐহাক
- শান্তি থমসি মালেমদা
অদুনা
য়েৎলক্কনু কনা' মত্তা
ঐনা হায়বদা ঐগী লৈবাক্না তৌবদা,
য়েৎলক্লবদি করিগুম্বা নুংঙাইরোই ঐহাক
য়েংথীনরক্কনি নহাক্না ঐহাক্না
মূক্লরক্কনি ঐহাক্কী লৈবাক্না নহাক্কী লৈবাক্না
ব্রাথোক্কনি মূক্লরবদি
লান থোক্কনি মূক্লরবদি
শান্তি মাঙগনি মদুদা
অদুনা য়েৎলক্কনু ঐঙোন্দা
য়াও ঐহাক্না হায়বা
ইল্লু ঐহাক্না হায়বা
ইল্লু ঐহাক্কী লৈবাক্না তৌবা
শান্তি পাম্মী ঐহাক
পামদ্রনে নহাকপু শান্তি

পান্নবদি করিগুম্বা শান্তি
য়াও ঐহাক্লা হায়বা
থমগনু অকিবা খৃৎলায় মখল মখল নরৈবাক্তা
শীজিন্নরক্কনি মখোয় অদু হিংসাগী লম্বীদা
থমগে অদুগুম্বা খৃৎলায়দু ঐগী লৈবাক্তদি
ঙাকথোক্লবা হিংসা তৌরকপশিং
মরমদি শান্তি পাম্মী ঐহাক।

## মোইরাংথেম রাজেনগা বীরেনগা ফ্রেন্দলী কন্টেষ্ট

সরকার পায়মীন্নরবসু পার্ট্টি তোঙান-তোঙানল্লি
মোইরাংথেম রাজেনগীগা বীরেনগীগা,
য়ৌরকই ভোৎ মতম
খন্নে সীট এদজর্স্টমেন্টকী ৱাফম
মতাঙ য়ৌরকই মোইরাংথেম রাজেনগী কেন্দ্র
হায় রাজেনগী পার্টিনা মখোয়না লেপকনি
য়েংলি বীরেনগী পার্টিনা মখোয়গী ওইগনি
রাজেন্নসু হায় : মানা লেপকনি
বীরেন্নসু হায় : মানা লেপকনি
মূক্লে সরকার পায়মীন্নরবসু অমগা অমগা
রাজেনগা বীরেনগা
রাজেনগী পার্টিগা বীরেনগী পার্টিগা
তাইশিন্নবা য়াদে পার্টি অনী
হন্দোক্লদে খোঙফম রাজেনসু বীরেনসু
লাউথোকই পার্টি অনীগী লুচিংবশিংনা :
- ফ্রেন্দলী কন্টেষ্ট,
হায় মখোয় অনীনসু :
- ফ্রেন্দলী কন্টেষ্ট,
মায়থীহনগে হোৎনৈ অমনা অমবু
ক্রক ক্রক য়েংশিন্নে অমগা অমগা
মাঙনবা তৌই অমনা অমগী
হায়জীল্লি ওইদ-পাদ অমনা অমগী,
রাজেন্না ঙাওই মাগী অফবা
হন্দুনা ঙাওই বীরেনগী ফত্তবা,

মোইরাংথেম রাজেন

অসুম্না বীরেন্নসু
ঙাঙই চিংথোক চিংথোক্তুনা
পার্টি অমনা পার্টি অমগী ফত্তবা,
খায়নরকই ভোটরশিং পক্ষ পক্ষ :-
- রাজেনগী পক্ষ বীরেনগী পক্ষ
- রাজেনগী পার্টি বীরেনগী পার্টি
- রাজেনগী মীচঙ, বীরেনগী মীচঙ,
মৃক্লে খৎনৈ চৈনৈ অমগা অমগা
য়াওরকই খৃৎ-থোক্লবা করিগুম্বা মতাঙদা
ওইরকই মমৈদা
রাজেনগী য়েক্লবা বীরেন
বীরেনগী য়েক্লবা রাজেন,
ময়েক শেংলকই হৌজিক
ফ্রেন্দলী কন্টেষ্ট
মোইরাংথেম রাজেনগা বীরেনগা।

মোইরাংথেম রাজেন

# লাম্বা লৈতবা মোইরাংথেম রাজেন

শক ফজবা ঐনি
লাইরিক হৈবা ঐনি
ইরল লৈবা ঐনি
ইনাক খুনবা ঐনি
শগৈ-জাৎ ফবা ঐনি
শাগৈ চাউবা ঐনি
মরী-মতা য়াম্বা ঐনি
ইচীন-ইনাও য়াম্বা ঐনি
খূৎকন-পাঙ্গনবা ঐনি
ফম চাউবা ঐনি
তলন চাউবা ঐনি
শক্তি লৈবা ঐনি
সঙ্গ চাউবা ঐনি
তৌবা ঙম্বা ঐনি
শোই চৎপা ঐনি
ইচীল তোঙবা ঐনি
অসুম্না খঞ্জবনি
মোইরাংথেম রাজেন
মাগী লৈকায়দা মখুঙ্গংদা
চুমসু চুম্মী মানা খনবা
অদুনা
উশিংতে মানা কনাবু
থাকপা থূপতে মমীংতা অতৈবু
তৌনীংবতা তৌই মহাক্না

হায়নীংবতা হায় মহাক্না
খল্লি মানা হায়রগা মরোইরে
হায় :- মানা হায়বা য়াও
ব্রা তাদে কনাগী
কি মীনা মহাকপু
লাম্বা লৈতে মহাক্কী
অদুনা ওইরকই মহাক
মপা লৈতবা মোইরাংথেম রাজেন
মরাকায়দা মখুঙ্গংদা :
কি তুক্কচৈ মহাকপু
শকতা নুংশিদে মহাকপু
অদুনা ওইরকই মহাক
মীয়াম্না নুংশিদবা রাজেন
নুংশিদবদা মপা লৈতবা রাজেন
মরাকায়দ: মখুঙ্গংদা।

## হনুথংদা ঙা চাবা মোইরাংথেম রাজেন

অহল ওইরে চহী মরিফুতরা শুরে
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহ
লাইনীং-লশ্বী চৎলে মমান্নবা 'পূন্বা
ঙা থাদোক্লে হৌমীন-কামীন্নরকপশিং
অদুবু চারি রাজেনদি ঙা য়াম্না পাম্না,
য়ূম শঙ্গাবা, লুহোংবগী চাক্লৌবা
ঙা য়াওবা অতৈ উসোব কয়া
হৈনবীনি মহাক্কী,
নোংমগী থৌদোক্নি লুহোংবগী চাক্লৌবনি
য়াওই মদুদা মোইরাংথেম রাজেন,
হনুথংদা মহাক্না হাউনা ঙা থোংবা চাবা উবদা
হায়রকই করেম্নদুনা কনাগুম্বা অমনা :
- অজ্ঞা ! অহলসি শিদৌবা কুইদ্রবনি
ঙা থোংবদু খাবৈ অনীদং হাপ্পীরমখো
কয়াম কুইনবু চাখিনি অহলসিনা,
তাবদা খল্লিমোইরাংথেম রাজেন্না :-
- ঐবু নুংশিবীদুনা হায়বীরিমাল্লে,
হাপ্পী বামোন্না পিক থল্লবা খাবৈ অনী
হায় মোইরাংথেম রাজেন্না :
- অহল ওইরকপনরা খঙদে
মতূম অচৌবসিনি ঐনা হৈনরিবা,
তূমীন তূমীন লৈ অতাবশিং
লোন্না লোন্না য়েংই মোইরাংথেম রাজেন্দা।

## মোইরাংথেম রাজেনগা বীরেনগা কায়নবা

ইংরেজী প্রোভাবনি :
- বার্দস ওব সেম ফীদর ফ্লোক তুগেদর
হূরানবগা হূরানবগা সাধুগা সাধুগা ;
ৱাখল মান্নবা, পার্টি মান্নবা, শাজৎ মান্নবা
শিনফম মান্নবা, মত মান্নবা, চীঙ্গাক মান্নবা
তিন্নবা নুংঙাই নুংশিন্নে অমগা অমগা,
মসিমক থোকখ্রে মোইরাংথেম রাজেনগা বিরেনগগী মফমদা
চৎলে চৎমীন্নে, চারে চামীন্নে, থক্লে থকমীন্নে
অদুনা হায়নৈ মীনা মখোয় অনীবু :
- চিনি মরূপ, চুহী মরূপ
হকচাং অনী থম্মোয় অমা,
অসুক্কী মতীক মান্নজে
মখোয় অনীগী থম্মোয়, অপাম্বা, অনীংবা,
খোয়দাজে মখোয়নীমক্লা
শকহেনবী শান্তিবু চপ মান্ননা
শুমহৎলি মখোয়গী থম্মোয় শান্তিগী মাযথোঙদা,
মান্নখিবনা মখোয় অনীগী থম্মোয়
খনখি অমনসু অমনসু
পুন্সি লৈপুল ওইগে শান্তিবু
অদুনা ওইখি হকচাং অনী থম্মোয় অমা
খোইমু অনী, লৈরাং অমা,
ওইরকই কাইনথংদা
মোইরাংথেম রাজেনগী য়েক্লবা বীরেন
কায়নখি মমৈদা রাজেনগা বীরেনগা
মান্নবদগী থম্মোয় শান্তিগী মফমদা।

# ভাব তাবা মোইরাংথেম রাজেনগী মচাশিং

পিক্লিথৈঙেনা পিক্লিথৈঙে ওইখ্রে
চাউরক্লে হৌজিক্তি মপূংফানা
মোইরাংথেম রাজেনগী মচাশিং
লৌশিং শিংলে জ্ঞান লৈরে ভাব তারে,
অহল ওইরে মোইরাংথেম রাজেনসু
অদুবু লেপ্পা লৈতে থবক শূবা,
উই মচাশিংনা মানা থবক শূবদু
ভাব তাই মচাশিং তাক্লুবা য়াওদনা
খল্লি মচাশিংনা চুম্না অসুম্না :-
'থবক শূনীংবা ইপানি
মচা ব্রাহন্নীংদবা ইপানি
শূরগা নুংঙাইজবা ইপানি,
মনীং থুংজসনু ইপাগী অপাম্বা'।

## মোইরাংথেম রাজেন্না হনখিবদা

লাকপদা পুরক্তে
হনখিবদা পুখিরোই
মীপূম খূদিং তাইবঙ মক্নোক্তা,
লাকপদা য়াওরক্তে
মোইরাংথেম রাজেন
সরকারগী ক্বাটরদা লৈবদা
মহাক্না চাউরিঙৈ, এম এল এ ওইরিঙৈ,
লোইনা পুখি হনখিবদা মহাক্না
কনাগী ইলেকত্রিক ফেন সোফা-নুংফা
টেবল- চৌকি কার্পেৎ- নুংপেৎ
অমত্তা চিংখদনা
মশাগী শেলনা লৈবা নত্তবা
এম এল এ ওইদ্রবদা মন্ত্রী তোক্লবদা।

## মচা থাঁদ দিবিজন্দা পাস তৌবদা মোইরাংথেম রাজেন

হরাওবদা খম থেংই
মোইরাংথেম রাজেন
মচানা পাস তৌরকপদা
পরীক্ষাদা থাঁদ দিবিজন্দা,
খঙই মহাক্না চুম্না :-
শীজিন্নরোই মচাগী মিং
উৎলরোই মচাগী ফোটো
মীমাঙদা সাইন বোঁদতা
এদভার্টাইজ তৌবা ওইনা
মানা তম্লিবা স্কুলনা
অতৈনা মিং চন্নবগী
শেন্দান লম্বীগী লমদা
মচাবু খূৎলাই ওইরগা।

# মোইরাংথেম রাজেনগী হৈনবী

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
থৌবূনা উগদবা মতাঙদা পালাদা শেল থাবা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
গ্রুপ ফোটো নম্বদা ময়ায়দা চঙশিন্দুনা লৈবা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
লুহোংবদা শোরাৎতা মান্দোপ ময়োন্দা ফম্বা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
ময়ামগী থবক্তা থেঙনা লাকপা ঙন্না হনবা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
লুপা চনী পোৎয়েং পীবদা চামা চৎপী অনী ফন্দোকপা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
মীয়ামগী শেলফম হৈনথোকপা হাইহৎপা মৎপা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
পালাদা অহনবা শেল থাবা পোৎচৈনা অমনবনা লৈবা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
থবক শূমীন্নবদনা, ঙাওশিন্নবা, শেলদদি ঙাওদবা।

## মোইরাংথেম রাজেন

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
কান্নগদবদদি ইকায় খঙদবা চোপকনি খন্দবা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
মতম থেঙজিল্লক্লবসু মাগী ৱা শাংনা ঙাঙবা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
মীয়াম থবক শুমীন্নবদা লোন্না লৈথোকপা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
পোৎয়েংগীদমক পাকশন্না ঙন্মীমখৈ বার্তন তৌবা।

হৈনবীনি মোইরাংথেম রাজেনগী
শোরাৎতা লুহোংবদা মাগীদা লাক্লন্নবসু মীগীদা চৎতবা।

খোয়শাউহল্লি মীৎ নাহল্লি
মোইরাংথেম রাজেনগী হৈনবীনা অউবশিংবু অখঙবশিংবু।

# সিদার্থ অমসুং মোইরাংথেম রাজেন

নোংমা উখি সিদার্থ গৌতম্না
কোনুংদগী মপাল থোরক্পদা
অনাবা অমা, হনুবা অমা, অশিবা অমা
মবূক ওনখি, থম্মোয় পেৎখি মহাক্কী
চাউজরক্লবসু মহাক নিংথৌকোলদা;
ওইখি মদুনা মাগী তুংগী পুন্সিদা
ওইরক্লবা মরম :-
ভগবান গৌতম বুদ্ধ - বুদ্ধদেব।

তত্তনা উই মোইরাংথেম রাজেন্না
ময়ূমদগী মপাল থোরকপদা
মীগী ব্রাং-চাউরবা য়ূম বিল্ডিং
লম্বীদা চেল্লিবা কার গাড়ীশিং
দুকান্দারনা য়োল্লিবা পোৎচৈশিং
মবূক ওনখি থম্মোয় হোংখি মহাক্কী
ওইখি মদুনা মাগী তুংগী পুন্সিদা
ঙম্মীমখৈ শেল তান্নবা মরম
মখল মখলগী উপায় শীজিন্নদুনা
লৈননবা গাড়ী শাননবা ব্রাংচাউরবা য়ূম
ওইরকখি মাগী থম্মোয় :-
কল্লবা থম্মোয় : নূং ওল্লবা থম্মোয়।

## ৱাথোক ঙম্বা মোইরাংথেম রাজেন

অরানবা থবক তৌরুবদৈ
ৱাথোক নংই
মোইরাংথেম রাজেন
ঙম্মী মানা ৱাথোক অদু শেল পীজরগা
হায়নৈ মীনা চুম্মাল্লে রাজেন্না;
খঙদ্রবসু অতৈনা, খঙজৈ রাজেন মশানদি
কনানা লাল্লি কনানা চুম্মী হায়বদু
মশানা অরানবা তৌখিবনা,
ৱায়েনশঙগী বিচারপতিগী ৱায়েন্দগীদি
হেন্না চুম্মী মশানা বিচার তৌজবনা
মশানা মশাবু মীনমজদ্রবদি।
অদুনা মুন্না খঙই অচুম-অরান
ৱাথোক ঙম্বা মোইরাংথেম রাজেন।

## সোসিয়েল ৱার্কর মোইরাংথেম রাজেন (১)

হান্নাম্মা মীয়ামগী থবক করিমত্তা তৌখিদবা
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহ
খূৎতা শেল পায়রকই
ভোৎ লেপকনি চোংথোরকই
সোসিয়েল ৱার্কর ওইরকই।

পীবীবনি সোসিয়েল ৱার্করগী মিংথোল
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহদা
মাগী অপাম্বা মতুংইন্না
মাবু শৌগৎপা কাঙবুনা
ভোৎকা মরী লৈননা।

নূং চাইথোকই লৈকায়গী লৈরক
ফোঙলকই পাউ-চেদা লৈকায়গী মীনা
মাগী অপাম্বা মতুংইন্না :-
"শৌগৎচরে পুল্লপ লাক্লিবা মীখল অসিদা
সোসিয়েল ৱার্কর মোইরাংথেম রাজেনবু।"

তেংবাংই নহারোলশিংগী ক্লব
ফোঙলকই পাউ-চেদা ক্লবকী মীওইশিংনা
মাগী অপাম্বা মতুংইন্না :-
"শৌগৎচরে পুল্লপ লাক্লিবা মীখল অসিদা
সোসিয়েল ৱার্কর মোইরাংথেম রাজেনবু।"

# মোইরাংথেম রাজেন

থাবল চোংহল্লি লৈকায়গী লৈশাবীশিং
ফোঙলকই পাউ-চেদা লৈশাবীশিংদুনা
মাগী অপাম্বা মতুংইন্না :-
"শৌগৎচরে পুল্লপ লাক্লিবা মীখল অসিদা
সোসিয়েল ব্রার্কর মোইরাংথেম রাজেনবু।"

চাক চানহল্লি মৌ-নহাশিং
ফোঙলকই পাউ-চেদা মৌ-নহাশিংদুনা
মাগী অপাম্বা মতুংইন্না :-
"শৌগৎচরে পুল্লপ লাক্লিবা মীখল অসিদা
সোসিয়েল ব্রার্কর মোইরাংথেম রাজেনবু।"

ব্রারী-লাইরিক তাহল্লি হনুবা হনুবীশিং
ফোঙলকই পাউ-চেদা অহলশিংদুনা
মাগী অপাম্বা মতুংইন্না :-
"শৌগৎচরে পুল্লপ লাক্লিবা মীখল অসিদা
সোসিয়েল ব্রার্কর মোইরাংথেম রাজেনবু।"

## সোসিয়েল ৱার্কর মোইরাংথেম রাজেন (২)

পায়খৎলকই শেল ইথা থাজদনা
শ্রীমোইরাংথেম রাজেন সিংহ,
পায়নীংই শেল অমুক্তা হেন্না
খৃৎতা শক্তি শীজিন্নদুনা,
চোংথোরকই ভোৎকীদমক এম এল এ ওইনবা।
নূং থাই লৈরক খূদিং
মতেং পাংই ক্লব কয়া
থাবল চোংহল্লিং লৈশাবীশিং লৈকায় লৈকায়গী
চাক চান্নহল্লি মৌ-নহাশিং মফম খূদিং
ৱারী-লাইরিক তাহল্লি অনুবা হনুবীশিং
উকু শেল্মী থোং শাই লৌখোং তৌই
কোইথি থি কনা-কনাগী অনাবা লৈ
কোয়হং হংই কনা-কনাগী শোরাৎ লৈ
চিংখদে লুহোংবা চৎপা বার্তনবু তৌরক্লবা
হায়নরকখি মাগী মীনা :-
"সোসিয়েল ৱার্কর মোইরাংথেম রাজেন"
শৌগৎপা ফোঙদোক্লরকই পাউ- চেদা মাবু।
য়ৌরক্লে ভোৎ মতম
পীজ-পীথকই শেল য়েল্লি অঙম্বী থাক্তা;
ভোৎ লোইরে মশীং থীরে
কাদ্রে মোইরাংথেম রাজেন
লৌরে বিদায় মীয়ামগী সেবা
তোক্লে কখোকপগী থবক
থূপচিল্লে চেনা সোসিয়েল ৱার্করগী।

## সোসিয়েল ৱার্কর মোইরাংথেম রাজেন (৩)

হোৎনবা কল্লি মতম মাঙহন্দে
মোইরাংথেম রাজেন,
ফিরাল মমায় চুন্নকই
মরাইবক থম্বাল শাৎলকই
তৌরু তৌরুবা মায় পাক্লকই
ওইরকই নহা ওইনা শেল পায়বা।

নুংশিবী অহলশিংনসু মহাকপু,
ভোৎ লেপ্পু ইনশিল্লি মমান্নবশিংনা
য়ানীংদা য়ানীংদা য়াবা তারকই
মাবু নুংশিবীবা য়াম্লকপদগী।

তৌরকই মীয়ামগী সেবা অঙন্বী থাক্তা
পীবী মঙোন্দা উপাধি - "সোসিয়েল ৱার্কর"
মাবু য়াবা মাবু শৌগৎপশিংনা
ইকায়জে থোইনা হেন্না মহাক্তি মদুদা।

য়ৌরক্লে ভোৎকী মতম
তৌরে মাসু মীরেপ অমনা তৌফম থোকপা
ভোটর কয়া মাগী ওইবা ঙম্লবা,
ভোৎ লোইরে মশীং থীরে
কারে মোইরাংথেম রাজেন।

হরাওনরে মাগী মী

খঞ্জে মখোয়সু চাউরনি শেল পায়রনি
মোইরাংথেম রাজেন্দগী মপান্দগী,
অদুবু চাউগে খন্দে মোইরাংথেম রাজেনদি
হেন্নদুম চন্নকই এম এল এ ওইরগা
হেল্লকই কখোকপা নোংমা নোংমগী
মানা চম্বা হেল্লকপদা
হেন্না ইকায় খুম্নরকই মীয়াম্না মহাকপু
তৌরকই মীয়ামগী সেবা মাগী কেন্দ্রদসু ৱাংমদসু
ইল্লি চপ চানা স্বামী শিবানন্দগী ৱাখল্লোন পাউজেল
- অফবা ওইয়ু অফবা তৌ
ওইদা ওইরগে খল্লকই মহাক অশেংবা :
"সোসিয়েল ৱার্কর মোইরাংথেম রাজেন
ভোৎ কারবসু কাদ্রবসু, লেপ্পবসু লেপত্রবসু।



# পুন্সি শক্তাক ৱারোল



| | | |
|---|---|---|
| মিং | : | মোইরাংথেম রাজেন্দ্র (মোইরাংথৌ) সিংহ |
| পোকফম লৈফম | : | তেন্থা খুঞ্জাও মযায় লৈকায়<br>থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট, মণিপুর |
| পোকপা নুমিৎ | : | ফে: ১৫, ১৯৪১ ইং |
| অপোকপা | : | মোইরাংথেম ইবোতোম্বা (চাউবা) সিংহ |
| অপোকপী | : | নাওরেম নীংথৌন কুমতী (গুণমতী) দেবী |
| লোযনবী | : | মাইবম নীংথৌন মেমা দেবী |
| শ্রী লৈখিদ্রবী লোযনবী | : | নাওরেম নীংথৌন যামিনী দেবী |
| মচাশিং | : | নুপী ৪, নুপা ২ |
| তৌরম্বা সরকারগী থবক | : | হায়স্কুল অমসুং কলেজগী ওজা |
| থবক্তগী পোথাবা | : | সেপ্তেম্বর ৩০, ২০০০ ইং |
| হৌজিক্কী থবক | : | ১। মিথোলোজী অমসুং ধর্মগা মরী লৈনবা লাইরিক পাবা<br>২। ইংখোল কোইবা, লৌদা চৎপা, চীং কাবা<br>৩। সাহিত্য অমসুং সৎসঙ্গগী থৌরম য়াওবা |